ꯉꯁꯤꯁꯨ ꯄꯥꯏꯔꯛꯂꯦ ꯂꯥꯏꯃꯩꯒꯤ ꯇꯥꯡꯒꯣꯏꯗꯣ

# ঙসিসু পাইরক্লে
# লাইমৈগী তাঙ্গোইদো

45

নিরঞ্জোয়

ঙসিসু পাইরক্লে লাশ্মৈগী তাঙ্গোইহ্দো

# ঙসিসু পাইরক্লে লাম্মৈগী তাঙ্গোইদো

**A collection of Manipuri short stories**

*Written by :*

**A. Niranjoy Sharma**

Brahmapur Aribam Leikai

Imphal - 795001

ওসিসু পাইরক্রে

লাম্মেগী তাঙোইদো





| | | |
|---|---|---|
| ফোঙজবা | ঃ | বিধান পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল। |
| অহানবা ফোংবা | ঃ | জানুয়ারি, ২০০০ |
| ফংফম থোকপা | ঃ | অইবা |
| মখুম পুথোকপা/য়েকপা | ঃ | অইবা |
| মমল | ঃ | ৪০/- |

---

নমফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুংলম্পাক, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীনিরঞ্জোয় শর্ম্মানা ইবা "**ঙসিসু পাইরক্লে লাম্মৈগী তাঙ্গোইদো**" কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিকসি পারে। শ্রীশর্ম্মাগী মণিপুরী সাহিত্যদা মানা খুদোল তমজবা অনিশুবা লাইরিক্নি। মসিগী মমাংদা "***অথেংবা অহিংদা চাক্লিবা লাম্মৈ***" কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমসু হান্না পুথোকখ্রবনি। অইবসি য়াম্না নহা ওইরি। সাহিত্যগী লমদা নৌনা চঙশিল্লক্লিবনি হায়বা য়াই। অতেনবা ৱারী তরাখক য়াওবা, লমাই নিফুতরেৎখক্তমক পানবা ৱারী লাইরিক্নি। অদুবু য়াওরিবা ৱারীমচাশিংসিনা অপাবশিংগী পূক্লিংবু খোন্নবা হোৎনরি।

ৱারী-লাইরিক মচাসিদা অইবনা মণিপুরগা য়ুম্লোন্ননা লৈরিবা লৈবাক বর্ম্মাগা য়াম্না নকশিন্ননা তিন্নবদগী জাতি তোঙাল্লবা, লৈবাক তোঙাল্লবা পাখঙ-লৈশাবীশিংগী মরক্ত নুংশি পরৈ চেৎনরকপা য়াওরি। মসিনা ইনৌ-নৌবা মমিনি। অনৌবা ৱাখল ফোঙদোক্লি। মমিং ওইরিবা ৱারীসি চীংমী-তম্মীগী অচেৎপা মরি উৎপনি। করিগুম্বদা চীংমী অমসুং তম্মীশিংগী মরক্তা য়াম্না চান্ননা মরুপ শান্নবগী মতমগা চুনরবা ভাব ফোঙদোক্লি। থোইদোক্লা নুংশিহল্লি।

ৱারীমচা হায়বসিমক্তবু মহৌশানা মশা-মরেং য়াম্না লোঙথোক্লবা, মফম লৈতবা, য়াম্না মরুওইবা ঘটনা (*থৌদোক*) অমদা য়ুমফম ওইরগা পারিবা মীগী থম্মোয়দা তিং পালহন্নবা হোৎনবনি। অইবনা মাগী পীক্লবা ৱারীমচা খরসিদা মীওই পুন্সিগী অৱা-মৈচাক কয়া ৱাহৈ লিক্লা শিজিন্নদুনা পারিবা মীগী পূক্লিংদা অৱা-নুংঙাইগী ঈশ্বুল অমা পীনবা হোৎনরি।

অইবসিনা অনৌ-অনৌবা খুদোল কয়া মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা লৈচল ওইনা তম্লকপা ওইসনু — ।।

ইম্ফাল
তাং ২৯/১২/৯৯ ইং

**নীলবীর শাস্ত্রী**
(*সাহিত্য একাদেমী এৱার্দী*)

# অইবগী ৱারোল

পুথোকচরিবা ৱারীমচাগী লাইরিকসিনা ঐগী অনিশুবনি। মনিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা খুদোল মচা অমতং ওইনা তমজবদনি। কনাগসু মরি লৈনদবা কল্পনাগী শেংলবা শক্তমনি।

*নোঙ্গাখ্রবা*

**অপোকপা অপোকপীগী**

নীংশিং লৈচলনি।

**এ. নিরঞ্জোয় শর্ম্মা**

## য়াওরিবা ৱারিমচাশিং ঃ

# পোখাইরবা মৈগী চীংদগী চেন্থরক্লিবা অশাবা মহি

— সারবু কৌবা লাকচরিবনি। হৌজিকমক পুলিসকীদা মীতিং অমা তৌগনি হায়হৌই। মফম-মরাং খণ্ডদনা সেকেগু-গেট থিংজিনখিদুনা বর্ম্মাগী আমিশিংনা ইন্দিয়াগী মী লোইনমক ফাজিনখরে ... !

নুংথিলগী পুং অহুম অদুৱাইদনি। মোরেগী এস. ডি. ও. দো মাগী এটেন্দেন্টতা চাইরিবা ফাইলশিংদু শিন্নরল্লগা মাবু কৌবা লাকপা পুলিসতুগা ফিংনা থোক্লকই। লাপতক্লা উরকই মোরেগী মফম খুদিংদা মীয়াম চেন্নরিবদু। তশেংনমক মকোন থুগাইবিরবা ককচেংশিংনা মাইকৈ খণ্ডদনা চেম্থোরকপদুগা চপ মান্নে।

[সেকেগু-গেট হায়রিবসি ভারতকী অৱাং-নোংপোক্লোমদা (*মণিপুর*) ইন্দিয়াগা বর্ম্মাগা (*ম্যানমার*) হেক তাইনবা লমখৈদা লৈবা লৈবাক

অনিগী মীশিংনা চৎথোক-চৎশিন তৌনরিবা মফমনি। মফম অসিদা ইন্দিয়াগী অমদি বর্ম্মাগী তোংঙান-তোংঙানবা গেট অনি লৈ। গেট অনি অসি চপ মান্নবা মতমদা (*অয়ুক্কী পুং মঙা*) হাংদোকই অমদি লোনশিল্লি (*নুংথিলগী পুং মঙা*)। ইন্দিয়ারোমগী লমখৈবু মোরে অদুগা বর্ম্মারোমগীনা নমফালোং হায়না খঙনৈ। বর্ম্মারোমগী গেট মনাকমক্তদা মখোয়গী অচৌবা কৈথেল (*নমফালোং বজার*) অমা লৈ। কৈথেলসিদা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী পোৎচৈশিং (*ফিরোল, প্লাস্টিক্কী, ইলেক্ট্রোনিক্কী পোৎ-চৈশিং*) মরাং কাইনা হোংনা ফংঙি। মসিবু ইন্দিয়াগী মীওইশিংনা লৈনৈ লল্লোনপোৎ ওইনা। মরম অদুনা মখোয়গী বজারদা মতম পুম্বদা ইন্দিয়াগী মীশিংদনা কৃক-কৃক ইন্নে হায়বা য়াই। হৌখিবা চহি ১৯৯৫ কী এপ্রিলগী তারিক ১২ দা ইন্দিয়াগা বর্ম্মাগা য়ানবগী মতুং ইন্না ফোর্মেল ওইনা লমখৈসি হাংদোক্তুনা নিং-খা তম্না লল্লোন-ইতিক তৌনরক্লি। হৌজিকসু তৌনরি।]

বর্ম্মাগী আর্মিশিংনা ৱার্নিং পিরমদনা গেট থিংজিনখ্রগা ইন্দিয়ামচাশিং ফাজিনখি হায়বগীদমক খুদক্কী পাউখুম ওইনা ইন্দিয়ান আর্মিশিংনসু ইন্দিয়ারোমদা চঙলকপা বর্ম্মামচাশিং ফাজিনবা; খুদক্ত মখোয়গা ৱারি শাননবা হোৎনবা; হৌরকইবা ইরাংদুগী মরম খঙদোকপা অসিনচিংবা রিজোলুসন কয়া লৌরবা মতুংদা এস. ডি. ও. দো আর্মি লুচিংবশিংগা সেকেণ্ডগেটরোমদা মখোঙ থাংলকই।

বর্ম্মারোমগী চ্যেক পোষ্টতা (*সেকেণ্ড-গেট*) পুং অমমুক ৱারি শানরবা মতুংদা ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংদো মমাই লুকথনা থোক্লকই। য়ানবা পুরকপদা ৱানা থোক্লগদবা পোৎলুম অমা লোইনরকপগুম তৌই। ৱা অমত্ত ঙাংনদে। পুলিস স্টেসন্দা ময়ামদো অমুক পুল্লি। ঙাইহাক লৈরগা তপ্না-তপ্না অমমম-অনি'নি হাইদোক্লরকই। এস. ডি. ও. দুসু আর্মি গাড়ী অমদা মাগী ক্বাটর তল্লকই।

— ইমা, ওজাদো বর্ম্মীজ নুপীমচাদো ওইনা চেল্লক্লে ... তম্বিরগা থোকপনিদা ইমা ... !

— কন্নাদা তৌরিবা ফোন্নো ? নংদি সোমদা থোক্লিবা ইরাংসে করিমত্ত খঙদ্রি !

এস. ডি. ও. গা লুনা তিন্নজবা ওজা অমনা বর্শ্মীজ নুপীমচা অমা পুদুনা মফম অসিদা লাক্লম্বনি। চীংমী মমান্নবা অমগীদা লৈরুরগে হায়দুনা হেক থোকখিবগা ওজাদুগী ময়ূমদা (*ইম্ফাল*) এস. ডি. ও. গী নুপীদুনা ফোন তৌরম্লিবনি। ফোন থম্বগা মাগী মপুরোইবদু চঙলকপগা মপা চানৈ। বর্শ্মীজ নুপীমচা অমা মোরে কোলেজগী ওজা অমনা পুদুনা চেনখ্রে হায়বা ৱাহৌদগী ইন্দিয়ামচাশিংবু ৱার্নিং পিদনা বর্শ্মীজ আর্মিশিংনা ফাজিনখিবদগী লৈবাক অনি খুৎ থোক্লরক্কদৌরে হায়বসি মাগী নুপীসু তপ্ন-তপ্না ভাব তারকই। তশেংবমক্তি মখোয় অনি মশা-মশা য়ানদুনা চেনবনি। অদুবু কনানা খঙগনি মসিনা মখোয়গী অরানবা খোঙথাং অমা ওইরক্কনি হায়বা !

মোরে কোলেজদা লৈবা ওজাদুগা বর্শ্মীজ নুপীমচাদুগা নুংশিনৈ হায়বসি লৈবাক অনিসিগী মীওইশিংনা - অঙাংমচা অমনফাও খঙনরবা ৱাফম্নি। ওজাদুনা মফমসিদা পোষ্টিং তারকপদগী হৌনা নুংশিনরক্লবনি। চহি তরেৎ-নিপাল হায়রক্লবনি। অম্মরোমদা নুপীমচা অদুদি ইচম-চমজবী লম্লোনবী অমনি হায়বা য়াই। নমফালোং বজারদা ইলেক্ট্রোনিক্সকী দুকান অমা চাউনা হাংদুনা মমাগা ফম্মিন্নরিবনি। ফজবদদি পাবিনবা মপা লৈত্রে হায়নিংঙি। অচম্বা লোন্দাদা হায়রবদি আলু অখোকপনি হায়নিংঙি। তৌবগীবুদি মহাক্কী মপা কষ্টম ওফিসারনি। মখোয়রোমগী বোরডর গেটমক্তদসু (*সকেগু-গেট*) পোষ্টিং তারিবনি। নুপীমচাদুনসু ওজাদুগীদমক কদাইফাওবা লেপ্লিবগে হায়বসিদি ময়াম্না লোইনমক খংনরবনি। অদুগা মসিমসু ময়াম্না খংনবা কুইরবনি নোংমা নত্রগা নোংমদি লৈবাক অনিসিগী লমখৈমক্তদা মৈগী চীং অমা পোখাইরক্লগনি হায়বসি। অদুগুম্লবা মৈগী চীং অদো ঙসিদি খঙহৌদনা পোখাইরক্লে। চেন্নরি মৈরিক চোংলবা মীওই কয়া মাইকৈ খঙদনা। কয়া অমসু নাথেফম য়েংদুনা চেম্লি। মৈরিক্তগী মৈজাউ ওইরক্তুনা শেম-শানরি অচৌবা লাঞ্জাউ অমগীদমক।

> " ... ওজা, ওজা-ইবোনা মরম ওইদুনা থোকহন্নিংদবা থৌদোক অমা থোক্লে। মাইকসিনা তাবা মফমদা লৈবিরবদি মীয়ামগীদমক খনবিদুনা বর্শ্মীজ নুপীমচাদুবু পুথোকপিরক্তুনা পুলিসতা শিন্নবিরনবা নিংশিংজরি ... !"

মমশিল্লক্লবা মতমসিদা কুপ্পা খন্নরবা মতুংদা মণিপুর পুলিসকা লোইননা আর্মিশিংনা পিক্লবা মোরে তমপাক্কী খুল্লক্ত চঙ-চঙদুনা থিরি ওজাদুবু, বর্ম্মীজ নুপীমচাদুবু। চীংথক্ত কাদুনা য়েংলি মখোয়না কদাইদা লোৎলিবা! মাইক্ত লাউদুনা কৌথোক্লি লাঞ্জাউ অমা ওইহল্লকদৌরবা ফিভম য়ৌশিল্লক্লবদা।

— ওজা, বর্ম্মা নুপী অমা ফাদুনা পুখরে হায়দুনা গেটলোমদা লালগা চপ মান্নবা উংখৎনহৌরে! ইন্দিয়াগী মীশিংসু মখোয়না লোইনমক ফাজিলহৌরে! সোমদসু বর্ম্মীজ ময়াম অমা পুলিস স্টেসন্দা লৈহৌই! কমদৌসিগে ওজা!

ওজাদো তৌফম খঙদে। তল্লরিবা পাউদু তাবদা করিনো হায়বা ভাব তাজদে। পরিসিতিগী তান্না তারক্লিবা খোঞ্জেলদুসু মঙগা চপ মান্নরি। চহি নিফুগী মথক্কী মথক ওইরক্লবা ওজাদো ঙসিদি লম্মুক্লবগুম তৌরি। মণিপুরি লোল খঙজদ্রবী বর্ম্মীজ চনুরাদুদি করিসু নাচুংদনা থুংনবগী নুংঙাইরবা ঈথক অমদা লৈরি। মাইক্ত লাউরিবা মরোল, তল্লরিবা পাউ পুম্বা মঙোন্দদি নুংঙাইবগী পাজেল ওইরি। ফম্লি ফমুং মথক্ত মৈতৈগী শেৎ-ইল্লিবা ফিরোলদুবু মথন্ত য়েংজ-য়েংজদুনা। অদুগা অমুকসু মমাই লৈথোরকপদা উরকপা ওজাদুগী শিন্থরক্লিবা পিরাংদুবু লৌথুপ -লৌকোই লৈতনা তৈথোকপিরি। থম্মোয়নুংদা করিনো খরসু হায়জবগুম তৌরি — নুপানা করিগী কপ্লিবা, য়ুম থাদোক্লল্লিবদি ঐখোয়নি! তপ্ন-তপ্না ঈহৌরকই মহাক্কীসু মিৎলুদা পিরাং। অদুবু কয়াদা খেন্নরিবা পিরাং অনিগী অর্থনো! অমনা কাইনবগী অদুগা অমনা থুংনবগী। ঙাইহাক্কী মতুংদা থোক্লগদবা কাইনবগী অৱাবা পিরাং! থুংনরে হায়বগী ফোংদোকফম খঙদ্রবা নুংঙাইবগী পিরাং! অমনা অমগী অর্থ খঙনদ্রবসু কপমিন্নরি। কপমিন্নরি পুম্সিচুপ্পগী ওইনা কাইনরগনি! কপমিন্নরি পুম্সিচুপ্পগী ওইনা লৈমিন্নরগনি!

পরিসিতিগী খোঞ্জেলনা নকশিল্লক্লিবগী মতিক ওজাদুগী থম্মোয়গী মিহুনসু কনখৎলক্লি। ইমুংদা থাল্লিবা ঙাল্লবা উচান মৈরাদুবু পিক্লবা মৈরা অমনা মহুৎ শিঞ্জিল্লি। বর্ম্মীজ চনুরাদুবু নিংঙম্মদনা অমুক্তং য়েংজরগা তপ্না মপান থোক্লকই। ফমথৈ ৱাংলবা চীংদোন্দুগী লৈপুং অমদা।

তারি লাউরিবদুগী খোঞ্জেল। হন্ন-হন্না য়ৈররি খোহ্লাং ওইনা। খল্লকই—করিনো ঐনা লৌগদবা ফিরেপ, করিনো ঐনা ওইহৌগদবা ফিভম্না, ঐনা মরম ওইদুনা খঙহৌদনা লৈবাক অনিসিগী আর্মিশিংনা নোংমৈ কাপ্নরক্লবদি, করিগুম্বদা ফাজিনখিবা ইন্দিয়া মচাশিংদু তুম্নবা হাৎলক্লবদি! ওজাদো হুমাং মরিক-মরিক কারকপগুম তৌই। ফল্লবদগী ফুক হৌগৎলি। অশাংবা শ্বোর অমা হোম্বুজদুনা তপ্না অমুক ফমথৈ। নাকল অমদনা মরুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ। নাকল অমদনা ইজৎ, পুন্সিগী মমল, হিংবগী অর্থ! উরু-উরু লৈরবা মকোক অদো থাঙ্গত্তুনা হৌনা কপ্লিংলকই—করিনো ঐঙোন্দ তৌবিরিবসিবো! মল্লবা থম্মোয়না অমম্বা মরকসিদা তান্না লৈহৌরবী অশোনবী মমাবুসু নিংশিংলকই। নিংঙমদবা ফাওরকই লুহোংনবা শিল্লকখিবা শরৌ কয়াদগী নাহ্োক্তুনা চেল্লকখিবগী থৌদোকশিং দো খল্লুরগা। ইকায়বা নংহনখ্রবী মমাদুগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্লিং লকই। করিগুম্বদা চীংথক্তগী চোংথরসিরা খল্লকই। করম্নদি পাঙ্গল ফুদোকচবা ঙমলুগনি মরাইবক্ত খুত্তুম্না শুজবা নত্তনা।

— সাইখোথাং, চৎলো এস. ডি. ও. গী কাটরদা মাবু পুদুনা। মফিদুসু পায়হনখো। ঐসু লাক্লগে।

অমম্বা মরক্তা কৌথোক্তুনা হায়খিবা থম্মোয়গী অহিকপা খোহ্লোক্তো কনাগুম্বা চীংমী নত্তবা অমা ওইরল্লবদি শোইদনা খঙলমগনি ওজাদুগী কাইরবা থম্মোয়দুবু। অঙাওবা অমগী মতৌগুম ওজাদুদি অমম্বা মরক্তা মখোঙ অদুম্মক থাংখি।

এস. ডি. ও. দো পুলিস স্টেসন্দা চৎকে হোৎনরিঙৈদনি চীংমী নুপা অমনা বর্ম্মীজ নুপীমচাদুবু পুশিন্দুনা চঙলকখিবদু। মখোয়বু হেক উবদা পুমঙক-ঙকখি। বর্ম্মীজ নুপীদুনা মৈতৈগী ফিরোল শেৎলক্লিবদু উবদা অমুক্কা হেন্না ঙকই। নুপীমচাদুবু খংনুং-নুংশিরকই। হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবগী ঈথক অমা ফাওরকই। এস. ডি. ও. গী নুপীদুসু অদু মঙাই। মাসু থম্মোয়দা থুক লাউবা ফাওজখি মৈতৈগী ফিজোন্দু উবদা। অহানবা চঙলকপদদি মৈতৈগী ফি শেৎলকখিদবনি। তশেংনা মহাকসু ঙকখি। নুপীমচাদুবু কৌশিন্দুনা ফমহল্লি। থংনবা মিকুপ্ত এস. ডি. ও. গী নুংঙাইরবা ঈথক অদো নোংলৈ অমনা হুমদোকখিবগুম

তৌরকই। তোংঙানবা নুংঙাইবগী ঈথক অমনা অমুক মহুৎ শিল্লকই। কয়াদা খেন্নরিবা ঈথক অনিনো! খঙই মহাক্কী নুংশিজরবা মরুপ ওজাদুনা করিগীদমক বর্ম্মীজ নুপীমচাদুবু মফম অসিদা থারকইবনো হায়বা। থিম্বদে থুনমক ফোন পায়খৎলি। মথং-মথং রিং তৌই। ফোন পায়খৎপগী মখোল তাবদা এস. ডি. ও. গী নুপীদুদি মখোল থোক্তনা কপ্লকই। য়েংজে ফোন পাইরিবা মপুরোইবদা অমুক, মমাই লুকথজরবী বর্ম্মীজ নুপীমচাদুদা অমুক। অদুবু কনাদা করি হায়রুনি! থম্মোয়দা তনিক-তনিক্লকই নুপীমচাদুগীদমক, ওজাদুগীদমক। অৱাবা অমসু ওইরকই করম্না নুপীমচাদুগী মফি হোংহনগনি। লোল ফাওনদ্রবী নুপী অনিদো ইঙ্গিৎনা ৱারী শানরকই। থম্মোয়না য়ানিংদ-য়ানিংদা থংনবা কাদা পুশিন্দুনা মফি হোংহল্লি। অদুবু নুপীমচাদুগী মাইথোংদি অহোংবা থোইনা উদে। ফি অমুক হোংদোকহল্লিবদুবু মৈতৈগী চৎনবী (*ভারতকী চৎনবী*) ওইরমাল্লে খঞ্জদুনা মোমোন্তমক নোকচৈ। মাগী মতৌদুদা কনানো কপ্পিংলোইদবা! মপানগী কাদা অমুক থোক্লকপদদি খজিক্তং চিংনবগুম তৌই। পুলিস-আর্মিশিংনা থন্না লৈরম্বা উবদা তিঙক-মাইঙক্লে। মিন্ অমে মিন্গু মা লা রে, তুদু মিঙ্ থু কো ত্বারেয়াওঙ্ (*ইমাহোইনা নংবু থিবা লাকএ, মখোয়গী মনাক্ত চৎলুখিসি*) - বর্ম্মা মরোল খঙবা মৈতৈনুপা অমনা হায়রকপদুদা নুপীমচাদো ভাব তারকই। কপ্ন-কপ্না ফমথরকই --সায়া ঙা বে অকোং সি লো লে ! সায়া মিন পিয়ো খে তি ঙা তায়োক তে মা নি চিন ফু লু! মিন ইরে বেমা নিদলে সায়া! চুন্দো হা গো লা বা সায়া! ( *ওজা ঐবু করিনো তৌবিরিসিবো! ওজা নহাক্লা ঐবু থাদোক্লোই হায়রম্বদাইনে! নহাকপু কদাইদা লৈখ্রগে ওজা! ঐগী ইনাক্ত লাক্লোনে ওজা!* ) কপ্ন-কপ্না অদুম্মক এস. ডি. ও. গী নুপীদুগা গাড়ীদা তোংখৎমিন্নখি।

— বর্ম্মানুপীদো লৈরম্মেইয়ে - বর্ম্মানুপীদো লৈরম্মেইয়ে ...!

মোরে তমপাক্তো পুন্নিল-নিল্লি। পুল্লাং-লাংঙি। থেংলবা অহিংসিদা বর্ম্মীজ নুপীমচাদুবু য়েংহৌগদবগী থোক্লরকপা মীশিংনা লম্বী-শোরোক্তো পিক থল্লি। অহিংসিমক্তদা নুপীমচাদুবু বর্ম্মারোমদা খূৎশিন্নখি। ফাজিন্নরুরবা মীওইশিং খুদক্ত থাদোক্লে। মাগী-মাগী মাইকৈদা হন্নখি। লালগীদমক মিপাইনরুরবা প্রজাশিং কয়াদা হরাউ-মথোই কানরিবা! অদুবু ওজাদুদি কদাই! থিরক্লি ওজাদুবু মাগী চান্নর-মরুপ্পা ( *এস. ডি. ও.*) অমম্বা চীংলক্ত

কদাইদা লৈরমগনি-করি ওইরমগনি!

ওজাদো তশেংনা ঙাওচৎনরম্বগুম ঙল্লবা চীংমাই অমদা হিপ্লম্বা থেংনখি। নিশা মশক খঙজরমদবা ওজাদো ঙসিদি নিশানা পুবগুম তৌরি। অদুবু মসিনা অশিবগী খয়াত্তা চোংশিলহনখিবদি নত্তে। অদুম্মক ভাব তাই। জ্ঞান মাংদে। মহাক্কী থম্মোয় কাইবগী মতৌ, পিরাংনা চোৎলবা মাইথোংদু উবদা কনানো থম্মোয় শোক্লোইদবা! মরুপ অনিদো কোনশিন্নদুনা কপমিন্নে — ভাই, করিনো নঙনা তৌরম্লিবা ফিভমসিবো! শিজবসু ঙমদ, ঐনা তৌগদবসিবো করিনো ভাই! কপ্ন-কপ্না নুংশিনা কোনবিদুনা ওজাদুবু পুবিরকই মাগী (*এস. ডি. ও.*) ক্বাটর তম্না।

— হলো ?

— হলো, ঐ ইম্ফালদগীনি। মোরেগী এস.ডি.ও.গী ওইবিরবরা?

— মান্নি হায়বিয়ু, ঐ এস. ডি. ও. গী নুপীনি !

— ওজাইবোগী মমাদো ফোন্দা নুপীদু খাইদোক্লরে হায়রকপগী পাউদু তাবদা খঙহৌদনা হার্ট-এতেক্ট ওইরক্লুনা লৈখিদরে! ওজাদা হয়েং লাক্লনবা খর তম্বিয়ু ...।

এস. ডি. ও. গী নুপীনা ওজাদুগী ময়ূমদা য়ানদবা মরম অমদগী বর্ম্মীজ নুপীমচাদো খাইদোক্লখরে হায়না পাউ অমুক পিখ্রবা মতুং ঙাইহাক্তং লৈরগা ইম্ফালদগী তৌরকখিবা ফোন্নি। অচিকপা অহিংসিনা ফোনগী খোঞ্জেল অদুবু মখোল হৌহল্লি। কাদুদা লৈরিবা মী খুদিংমক ফোনগী খোঞ্জেলদু তাই। তশেংনমক ওজাদুসু হায়রকইবা পাউদো তাই। ওজাদো শ্বোর ফুনগৎলকপগুম তৌই। মৈচাক অমগী অৱাবা লোইদ্রিঙৈ মৈরিক অমনা অমুক মৈশা পিরক্লি! ফল্লম্বদগী তপ্না হৌগৎলক্লুনা লৈজবী পাঙ্গল পুথোক্লুনা খাংঙমদবা চৈথেং অমগা লোইননা ফক্লাংদা খুত্তুম্না থিঞ্জিঞ্জে—ইমা, নচাদি লোইরেদকো ইমা!

ওজাদুগী থম্মোয়নুংদগী চেন্থরক্লিবা অশাবা মহিদো অহিংগী অচিকপদসু থুংলরবগুম তৌরকই।। ✍

# লানফম্ন থল্লবা পুন্সি লম্বীসিদা

পোক্লবদি শিবা নাই-শিরবদি পোকপা নাই। পোকপা-শিবা অসিগী মরক্তা শাংলবা পুন্সিগী লম্বেল অমখক লৈ। লম্বেল অদো লানফম্ন পিক থল্লি। অদুগুম্লবা পুন্সিগী লম্বেল অদুদা অচৌবসু লাম্ছেংনদুনা চৎলি লানমী অমা ওইনা হিংননবগীদমক্ত।

অচৌবনা অরুনাচল প্রদেশকী নোর্থ ইষ্টর্ন রিজনেল ইন্সটিটুৎট ফোর সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিদা (*নেইরিষ্ট*) সিভিল ইঞ্জিনিয়ারিং তম্বা হৌগৎলকপদনি মহাক্কী মপা গাড়ী এক্সিডেন্টদা লৈখিদরে হায়না পাউ লাকখিবদু। মপানা পামজখিবদা নত্তনা মশামক্লসু তম্নিংনা তমজখিবা ডিগ্রি কোর্সনি। অদুবু মপুং ফাবা ঙমদনা থাদোকপা তাখি। অরুনাচলদগী অরোইবা খোঙথাং ওইনা নিংঙমদনা হল্লকখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ইমুংগী ভার পুম্বা মহাক্কী মকোক্ত থোঙ্গত্তুনা লাক্লি। মখুরা-মতোন অমা লৈদুনা য়েংশিনবীগনি হায়বগী ৱাফম লৈতবনা মহাক্লা মপাগী মহুত্ত চঙবা সরকারগী পিক্লবা থবক মচা অমগী মরূমদা ইমুংগী লৈত-

লাইরু, অরাৎ-অপা খুদিংমক য়েংশিল্লক্লি। কনানা হায়বা ঙমগনি মীওইবগী লাইবক! খঞ্জবনা অমনি, তম্বীরম্বনা অমনি। অহল-লমনগী মরূম থুপতুনা নোক-খেদুনা শান্নজরম্বা নৌরবা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা ঙসিদি চৈনা ফাওররে মচন্নুপী অহুম, মনাওনুপা অমা লোইননা মরাইবক থিহৌরবী মমাগী লুম্লবা পোৎলুমদা।

— ইবুংঙো, নঙবু চাক অসে চাথোক্লবা তৌররোনে। ইয়াসিদি অদু-অদা করিমত্ত খল্লুরনুদা। ইনেহোই খ্বাই লৈরিবসিদি। নচন্নুপীদো মমা নারি হায়বা খঙনা-খঙনা চেনখিবনি হায়বদুগীদি শাওনিংঙি। অদুবু শাওনিংঙি হায়দুনা করিদি তৌরুনি। নুপা ময়ুমদা অদুম হোংজখ্রসনুদা। য়েংঙোই ইনেনা পাঞ্জি য়েংবদসু মাইবী য়েংবদসু ইমুংসিদগী জিব পানবা থোকউ হায়বা লৈ হায়বসিদি অদুম হায়রক্লুবনি। মদুদা শক্লজখ্রসনু। নমাসিদং ফনবা হোৎনখিসি। ঈশিংগা ঙাগা তাই হায়রিবদুনি। হৌজিক নমাসিনা ঙা ওইদুনা লৈহৌরিবসিনিদো। নপাবুংগী ফিরোইসু লোইদ্রিঙৈদা কন্না নাশিল্লকইবসিনি। অদুবু থোইদোক্ল নুংশা থিনিংঙাইদি ওইদ্রেদনা। দশানি ইবুংঙো দশানি। লাকও-লাকও। করিমত্ত খল্লুরনু ইয়াসিদি।

তুমিন্না ফমজরম্বা অচৌবদো মনেগী খোঞ্জেল তাবদা মথন্ত খংজবগুম তৌই। মহাক্কী মমা হোসপিটালদগী পুথরকপা নুমিৎনি। নুমিদাংগী মতম য়ৌশিল্লক্লবদা মনেহোই ময়াম্না হোৎনদুনা চাক-ঈশিং খর পিজরগা মমাদি তুমহনখ্রবনি। অদুবু অচৌবদি তৌফম খঙদনা অমম্বা মরক্ত মথন্ত মাঙ্গোল ডারিদা ফমজরল্লিবনি। মনেনা অচিকপা তানফমদুবু থুগাইবদা নত্তনা অচৌবগী মঙলানবুসু কাইহনবিরি। মনেগী শেংলবা থম্মোই, চমজরবা মিনোক কয়া অদো মহাকসু পামজরম্মী। হরাউ-হরাউ ব্বারী শান্নজনিংঙি। অদুবু মকা ফল্লু য়াদনা ফাজিনবিরবা মহাক্কী থম্মোয়না কংলবা মিনোক মচা অমত্তং তমজখিবা নত্তনা করিসু হায়খিদে। মহাক্তনা খঙঙি মমাসি ফরদুনা পুথরকপা নত্তে হায়বসি। অদুবু কনাদা করম্না পাউদমলুগনি। মথন্তমক মৈচাক পুন্নমকসে থাংজরগে খল্লকই। তনিক-তনিক্লকই ঙসি হয়েং খঙদ্রবা মমাদুগীদমক।

নহৌননা নিংশিংলকই মহাক্ল ইঞ্জিনিয়ারিং কোর্সতু তম্বা চঙলমদাইগী নুমিদাং অমদা মমানা মপাদা হায়খিবদো—ইমুংসিদগী জিব পানবা অমা থোকউ হায়বা লৈ, য়ারগদি ইচাসি মপান্দা থারগুমসি। মতমদুদা মহাক্না মপূক্লিংদা নোকচখি অনধবিশ্বাসনা য়োল্লবী মমানি হায়দুনা। কুইদে মপা শিবগী পাউ ওইনা লাকখি। ঙসিদি অদুগুম্বা অনধবিশ্বাসতো অচুম্বা ওইনা থোক্লরবগুম তৌররে মহাক্কী মফমদদি। তত্তনা খল্লকই অনধবিশ্বাস করিনো! মসিবু কদাইফাওবা চুম্লবগে! হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী সমাজসিদা মসিনা কদাইফাওবা চঙদুনা লৈখ্রবগে! খনফম খঙদে। ব্রাখল কয়া মফাং-মফাংলকই। নুংশিজরবী মমাগী ব্রাখলগী লাংদা অয়াম্বা মতমদা থুরকই। অমম্বা মরক্ত ঈরৈ কল্লবা হিদেন অমদা মথন্ত লেপ্পগুম অকি-তুজুংবা ফাওরকই। মহাক্কী হিমাই চুম্বীনবা পাম্বে ওইরিবা মমা অমদি মচন্নুপীদুবু তত্তনা থিজরক্লি। উরকই ঈরৈনা চেম্থবিখ্রবা মমা! নাথৈদুনা চেনখ্রবা মচল! কদোমদনো মহাক্না পল শাদুনা থিংগদবা মমাগা মচলগগী চেম্থফমদুবু! অচৌবদো ব্রাখলগী কল্লবা ঈরৈনা লাকশিল্লকপগুম তৌরকই। মৈরি অমগী মৈশা লাংলিঙৈদা মৈরিক অমা অমুক চোংলকপগুম তৌরি। মচন্নুপীদুবু মফম-মতম য়েংদে হায়বগী খোইরাং-খোইশাওনবা ফাওরকই। পেন্দবা হেনগৎলকই। খল্লুরগা মহাকপু চৈফম নাইনা ফুনিংলকই। অমুকসু ব্রাজরক্লবী মচন্নি মাগীদমক করিসু তৌবিবা ঙমদ্রেদকো খল্লুরগা নুংঙাইতবা ফাওজে। তাইনফম খংদে। কপচরকই মখোল থোক্ত থম্মোয়নুংদা হিক্ল-হিক্লা—ইমা করিনো ঐনা তৌগদবসিবো! ববা নচাগী অব্রাবসে উবিদবরনে!

— তাচৌ, তাচৌ, ইমাদো কৌবা তাদরে !

— হা !

ইমুংগী মীওই পুন্নমক্ল য়াহৌনখ্রবসু অচৌবদি নিংঙাইদনা তুল্লিবগুম তৌরি। মমাগী মনাক্তা য়ারেক্তুনা অহিংচুপ্পা তুমদবমখৈ ব্রাখলগী ঈপাক্ত ঈরোইদুনা শান্নজখিবনি। ঈরোইবদা চোকথজরবা মশাদো নোংঙাল্লমদাইদদি তুম্নিংবা ফাওরকখি। মিকপ মচা অমগীদমক মহাক্কী কাদা চঙখিবনি। কনাগী ব্রাখল য়াওদনা, মঙ ফাওবা মঙজদনা নুংঙাইনা তুমজরিঙৈদা মচন্নুপী অমনা তহা-তহা চেনশিল্লক্তুনা হৌদোকচরৈ।

থিম্বদে তন্না অমুক চেম্ঘোকখি। অচৌবদো অফিং-অফাইওই হৌগৎচৈ। মহাকসু চেনশিঞ্জে মমাগী মনাক্তা। করিদি তৌরুনি। মমাগী মথ্বাইদুবু পাঙ্গল থোক্ল ফুনদুনা মুল্লগা পুরকপা য়াবা মফমদু ওইরমদবনা মথম্মোয়দা খুত্তুন্না শুজে। শোইদনা থোক্লরনি খঞ্জরম্বা থৌদোক্তো মিকুপসিদা থোক্লরে। ঙসিদি চৎখরে নুংশিজরবী মমাদুসু মপাগী মতুংইন্দুনা। চৎখরে মমা-মপা অনিমক নুংশিজরবা মচাশিংবু হুন্দোক্লমদুনা। মনে অমখক নত্তনা মখোয়গীনি হায়বা কনাসু লৈরক্তরে সংসারসিদা। তেংথারি মনেসু থম্মোয় কাইরবা খোম্বোক্ত—হো ইনম্মা, নাচাশিংনা কৌরিবসে অমুক্তদি খুম্মকউনে! লেপ্পা লৈতে মচাশিংগী তেংথাখোলসু-- ইমা-ইমা, ইমা!

তেংথাখোল কয়াগী মরক্তুদা অচৌবসু তেংথারি থব্রাই য়াওদ্রবা মমাগী হকচাংদা কোক্লদুনা—ইমা, ইনাও ময়ামসিগা নচাবু করম্না খোঙ থাংসিগেনে ইমা !! ✍

# মৈরি ওল্লক্লগদবা মৈখু

— করিগীনো ঙসিদি থেংলকইদা ইচে মাইনুসে!

— করিনো ঙসিদি মাইথোংসিবো ইরং-লংঙিদা নোংমতসু নোকচদবা মানা!

— ইবেম্মাবু লাই খুরুম্লকপরা শিন্দুরদুবো ওম্থোক্ল পাকখরেৱানেমি!

হংলিবা—ঙাংনরিবশিংদুগী পাউখুম ইপি-পিরুদে। তপ্ল-তপ্ল মখোঙ থাংজরকই মাইনুদো। মাগী পোৎফম মপাদা লেপচরগা মকোক্তুগী থুমোক অচৌবদু মথন্ত থাংথৈ়ে। পোৎফম্মক্তদা তারিবা চেজেৎ অনি-অহুমদু খুন্দোকচরগা প্লাস্টিক অপাকপা অমদা য়োন্ননবা এন্সাং-নাপীশিংদো অমুক থাজরি। মথা-মথা শেন্ন-শেন্না, নোকমি-নোকমি তপ্ল-তপ্লা হায়রকই—হো ইচানুপা অহন্দো সরকারগী থবক অমা ফংজরে অদুগী লাই খুরুম্মকইবনি ... ঐদি হয়েংদগী কারকঅরোই পোৎফম তোল্লনি, ইচাদুনা য়াদরে ... ঙসিদি পৈশা খর শিংদোল্লুম্মগে... ঐগী য়ূম খঙবা নখোয়গীদি থা ফারকপদা ওইনা শিংদোল্লগে ... মচন্নুপী অহন্দুসু হন্দক লৌখৎপিরনি ... মপাদো লায়েংবা চৎপা ওইনা বৃন্দাবনসু

পুবিগনি হায়য়ে ... ইচানুপা পোকপগীনে মহে য়াঙ্গরবনি ঐদি .. ইমৌ মশক খঙনিংলে লুহোংনবা তৌরসি হায়বসিদদি মহাক্না ময়াখিদরে ...।

খ্বাইরম্বন্দ বজারদা এক্সাং-নাপী য়োন্দুনা পোংফম ফমজবী মাইনুদো চহি য়াগ্খে হায়রকপদা ঙাইরি। চহিগী হায়রুরগদি নহা ওইজরিবনি। অদুবু য়েংবদদি ফনা অহল ওইশিল্লক্লে হায়বা য়াই। তৌবগীবুদি মপুরোইবা অহন্নি। অহনগী মতুং ইল্লুবদুনসু অহল ওইশিনবসু ওইরম্বা য়াই। অদুগীসু মথক্ত খুঙ্গংগী পুন্সি মরেল অমদগীসু নাথৈবা ঙমদনা লৈরিবনি। অমরোমদসু লৈত-লাইরগী মৈখুনা চুশিনবিখ্রবনি। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অঙনবদা মতম-মতমগী এনশাং-নাপীশিং খুল্লক্তগী খোমজরগা ইম্ফাল সহর তান্না পুরক্তুনা য়োঙ্গরিবনি। অসুন্না শুজ-নোমজরগা মচাশিংবু (*মচানিপা অনি, মচানুপী অনি*) লাইরিক-লাইশু তমহঞ্জবদা নত্তনা লাইওং খঙদ্রিবা অহল ওইরবা মপুরোইবগী লায়েং নবসু হোৎনজরিবনি। মসিগী মথক্ত মরুপকী-মপাংগী, লৈকাইগী পোয়েং-চয়েং খুদিংমকসি ঙম্নবসু পুজরিবনি। মচানুপা অহন্দুনা লৈকাইগী অঙাংশিং লাইরিক তম্বীরগা ইমুংগী মতেং খর-খর ওইনজবা নত্তনা কনাদগীসু মতেং ফংদনা ব্বানা লেঞ্জরিবা পুন্সি মরেন্নি। ঙসিদি খঙহৌদনা মচানুপা অহন্দো সরকারগী থবক মচা অমা ফংজরে তাবদা কয়াদা হরাউ-মথোই কাজরিবনো। পিক্লবা পুন্সিগী পিক্লবা অশানি। লাইরবা ইমুংগী পিক্লবা মৈরানি। পিক্লবা মঙাল অমগী মরূমদা ইজৎ মচা অমগা লোইননা হিংনিংবা ফাওরকই। নুমিৎ খুদিংগী অঙনবা অয়ুক্ত তহা-তহা কাজরম্বা কৈথেন্দো ঙসিদি কানিংলক্তবগুম তৌরকই। মশাগী শিনফম হোংনিংলকই। কনানা খঙগনি পিক্লবা অশা অমগী মরূমদা করম্বা চল্লবা খোঙথাংনো হায়বা !

— হো ইমাগীসিবু কয়াগী মথানো ?

— ইচেমাইনু, তুমদনা মঙ মঙলিদুবো কৈদৌরগে ?

— খঙজদ্রেদা ইবেম্মা, করিনো ঙসিসে ইশাসি মঙ-হাদৌনা ইতাউ-তাউইদা !

অশেংবমক্নি মাইনুদো হায়ফম খঙদনা মশাপুম্বা শুন্দা লৈবগুম ফাওজে। ইতাউ-তাউই। নুমিৎ খুদিংগা ইমান-মান্নদবা মচোই-মচোইরবা ব্বাখল কয়াদা উংদুনা ফল্লিবনি। মচা থবক ফংলে হায়বগী নুংঙাইবা

ইহুল্লা হায়বসু হায়ফম খঙদে। ইমুং-মনুংগী অৱাবা শক্লোনগী ৱাখন্দরা হায়বসু হায়ফম খঙদে। মথন্ত নিংজিং-মাংজিংনৈ। নাউকোন্দুনা লৈমিন্নরিবা মচানুপাদুবু লাপ্না লৈখিবদৌনা ইহাং-হাংবগুম তৌই। অমুকসু নাহেদুনা লৈহৌরিবা শোল্লবা মপাদুবু কমদৌরমগনি হায়দুনা হেক-হেক খল্লকই। করিগুম্বদসু ময়ুমদা খঙচৎ-চৎনিংবা ফাওরকই। লাংতক্লরবা মপূক্লিংদুবু ফাথজবা ওইনা মমাই লুকথনা তুমিন্না ফমজরল্লিব মাইনুদো পোৎ লৈবা লাকপা নুপা অমনা হৌদোকপিরবগুম থোক্লি। ময়ামগী চরাংনবদুনা লাংতক্লরিবা মাইনুগী মপূক্লিংদো তপ্ন-তপ্না ফাজিনবিরকই।

— নচা থবক ফংলে হায়রদি ময়ামসিগী চা লৈয়ুদনা, ঐখোয়সু বোর পিবিগে।

পোৎ খর য়োনথ্রবা মতুং নুমিদাংৱাইরমসু ওইফাত্রিঙে, মী খর কোল্লকপা তাল্লক অমদা বজার মনুংগী চায়োনবা নুপামচাদুনা চা পুদুনা লাকপা উবদা মাইয়োক্লনা ফূল্লিবী নুপী অমখক্ল ফাগিওই-করিওই চা লৈনবা লাউরকখিবনি। মাইনুসু হান্ননা খঞ্জথ্রবনি চায়োনবা লাক্লগা থংনরিবা-মাইয়োক্লরিবা পোৎফম খরদুগীদি চা লৈগে হায়দুনা। মপা-মপা চানবা হায়বদুনি। নুপামচাদুবু কৌশিন্দুনা চা তরামুক লৌহৌই। ৱা-ৱা নোক্তুনা থকমিন্নে। কনা অমনা লাউরকই—চাসে হাওখরে, অফবা নমৌ অমা ফংজবা ওইয়ু ! কনা অমনা অমুক ফাগি তৌরকই— নশুনুপা চামাদুম ফংজরো! পুল্লাং-লাংঙি। পুম্নিল-নিল্লি। পোৎ লৈবা মীসু মথং-মথং লাক্লরকই! তপ্লি-তপ্লি কৈথেন্দো নিনখৎলকই।

— ইমা, ঐখোয়গী ভাইদো ঙসাই থৌবাল বজারদা বোম পোখাইবদা খজিক্তং শোকখরে, লমফেলদা পুখৎলকএ, চৎলুসিরা ইমা !

নুমিদাংৱাইরমগী পোৎ শিৎনখৎলকপা তাঞ্জাদা লৈকাইগী মচাগী মমান্নবা অমনা তল্লরবা পাউনি। মমান্নবা অদো করম্না পাউ তমগনি খঞ্জবদা ফুম্বঙনদুনা ঙাইহাক পল্লুরবনি। তমদবদি য়াদে। মমাদুবুসু পুবিখিদবদি য়াদে। লুরবা তানফম হায়বদু ওইখি। খনবা য়াবমখৈ খল্লুরগা য়াম্না ঈং-তপ্না পাউদো তম্মী। অৱাবগী শরুক্ত ওইজরবা মমাগী শক্তমদু উবদা মচাগী মমান্নবদুগী থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা থল্লিবা

মৈরি অমখক্তি পিগী ঈরানা মৈখু ওন্দুনা মপান থোক্ল চাক্লক্কদবগী কন্না হোৎনরকই। অদুমকপু ৱানা ফাথজরবা মতুংদা চিংনবা ফাওহন্দনা তপ্না অমুক মখা তারকই—ইমানা মফম খঙগদবা ওইরবদি কোন্না তপ্না লাক্লবসু য়াবনি, অদুবু ইমানা মফম খঙলোইদবনিনা ঐগা চৎমিন্নখিবনা ফগদবা মাল্লি, চৎলসি ইমা!

তম্লরিবা পাউদু তাবদা মাইনুদো তশেংনা ঙকচানৈ। করিনো হায়দুনা পাখৎচবা অমসু ফাওজৈ। মপি ঈরা চেল্লকই। কপ্নিং-কপ্নিং তৌরকই। মথন্ত মপূক্লিংদা শোঞ্জরকই—করিনোনে ঙসিসে ইশাসি মওং অমা তৌই খনবদি পাউসি তানবগীরনে! অশাংবা শ্বোর অমা হোম্বজৈ। তারক্কদৌরবা মপি খাংগৎলি। হৈ-শিংলবা মমান্নবদুনা হৈ-শিংনা মমাদুগী মপুক্লিং লাকশিনবিরকই। করিসু লৈতবা ৱাফম্নি, অদুবু হয়েং তুংদা ৱারৌখিনি খন্দুনা চুম্ন তম্লরবনি হায়দুনা লাংতক্লরবা মপুক্লিংদুবু ফাথবিরকই। মমাদুসু পাউ তারবনিনা চৎসি হায়দুনা খোইরাংবগা লোইননা মাগী পোৎ-চৈশিংদো থংনরিবশিংদুদা শিন্নজরকই। মখুত্ত শেঙ্গাও চেৎনা কিশিঞ্জরগা তপ্না-তপ্না হৌগৎলকই।

খোঙথাংনা লেপ্তুনা থাংলক্লিবগী মতিক মমাগী থম্মোয়গী মিহুন্দো হেন্না কনখৎলকপগুম তৌরকই। থম্মোয়নুংদা তনিক-তনিক খাংজরিবা মৈরি ওল্লক্লগদবা মৈখু অমখক্তি খঙহৌদনা চিনবাম্বোংদা থোক্লকই পিগী মরিক অমগা লোইননা—ইমাগী ইবুঙো, ইমাদি মাংজরেদকো !! ✍

# মন্দোমচাগীদমক, মবোক্তুগীদমক

" ইমা থোঙ হাংদোকও ঐ লাক্লে "

— ইবেম্মা নঙ লাক্লবরা ? থোঙ লোন্দবনি।

— অবোক, কনাদনো অবোক্ল হায়রিদুবো ?

হোসপিটালনি।

অথেংবা অহিংদা অহল ওইরবী অনাবা অমখক্তি তুম্বা য়াদনা মথন্ত চোইরোল লোনবগুম তৌরি। অনাবগী সেবারি ওইনা লাক্লিবী নুপীমচা অদো মবোক্ল ঙাংলকপা তাবদা খুয়ারোমদগী ফুক হৌগৎলকই। কোইয়েং-য়েংঙি। কনাসু উদে। ভাব তারকই মবোক্ল হায়রিবদু কনাদনো হায়বা। মবোক্তুবু কনাগীসু ৱাখল চঙহন্দনা নুংঙাইনা তুম্লনবা থেম্বীরি।

নারিবী অহল অদো থোইদোক্লা মরাইবক থিরবীনি। মহাক্কীনি হায়বা মচানুপী অনিখক নত্তনা কনাসু লৈজদ্রবনি। মচানুপী অহন্দুনা ময়ূম পানখ্রবদা মচানুপী অতোনবীদুগা লৈমিন্নরিবনি। অদুবু নুমিৎ

হুমনি শুজিন্নক্লবনি হোসপিটালসিদা লৈরক্লিবা। মনাক্ত লৈরিবী মশুনুপীদু নত্তনা মহাক্কীনি হায়বা হোসপিটালসিদা কনাসু লাক্তে। করিগীদমক্তো হায়বদুদি কনানা খঙলুগনি! মতম পুম্বদা মচানুপী অতোনবীদুদবু খনবদুনরা খঙদে অহন্দুগী মমঙদদি মচানুপীদু ইতৎ-তত্তনা উবগুম তৌই।

— নন্দোমচাদু লাক্লবরনেহে ? করিগীনো মখোয়না ঐবু ডাক্তরসিদা পুখৎপিরল্লগা ঙসিফাওবা কনামত্ত লাক্লিবা ?

খল্লু-খল্লুরগা অহন্দো মথন্ত শাওনিংবা ফাওরকই। কপ্লিংবা অমসু ফাওজে মশুনুপীদু নত্তনা মাগীনি হায়বা হোসপিটালসিদা কনাসু উরক্তবদা। তুম্বা য়াদ বানসু খাংজরি। মশুনুপীদুদি সেবাদা বারমাল্লে মবোক্ল কৌজরিবদু তাদমখৈ তুল্লি। য়াওন্দুনা কোইনা অমুক য়েংলি। কা মশাংদুদা লৈরিবা অনাবশিং অমদি সেবারিগী লাকপা মীওইশিং লোইনমক্তু তুম্নখিবগুম্না উরি। উইশিল্লু য়াদ্রবা মমিৎ অনিদুদি তরাউ-তরাউনা পাংলি। খল্লি মচানুপী অনিদু লাকপদা পেন্না চৈগে। মপূক্লিং নুংশিনা মপি অমুক শিন্থরকই—ঐবু মখোয়না ডাক্তরসিদা থম্বীরম্বা!

মশুনুপীদো তপ্না-তপ্না মমিৎ পাংথোরকই। মবোক্কীদমক খঞ্জবদা পুংখাই অমা ফানা তুম্বা ফংজদবগুম্বনি। হৌগত্তুনা য়েংজে মবোক্তুবু তুল্লিবরা। উইশিল্লিবা মবোক্কী মিৎলুদা পিগী মমি তারম্বা উবদা নুংঙাইতবা ফাওজে। তৈথোকপিগে খন্না মখূৎ লামজবদা তুম্বা কাইখ্রবদি খল্লুবদা তৈথোকপা ঙমজদে। সুপ্লিবা ফিদু তপ্না শেমজিনবী। হকাম অমত্তং লাউনা চল্লগা মবোক্কী খুয়াদা অমুক হিপথখি।

" ইমা নঙদা শিজখ্রোবা! নঙ লৈদনা ঐ য়ূম পানবা ঙমদরে।

ঐসে পুমাং মাঙলেনে ইমা। ঐনা য়ূম পানখ্রগা নঙবু

কনাগা লৈহৌগদৌরিবনোনে ইমা!"

অহন্দো মমিৎ খংপাং পাঙথোকই। মচিন্দ শোল্লি—ইস তাইবঙদি নত্তেদনা ইচানা কপ্লম্বসে!মচানুপী অতোনবীদুগীদমক খল্লুবদা মপি তারকখিবা খঙহৌদে। মমাগী পাপকী মহৈনা মচানা ওইনা ফংলে

খল্লুবদা মথন্ত প্রোক-প্রোক চাকচৈ। মশা ঙমদবগী অৱাবা মথক্ত অমুক্তসু থম্মোয়দা খাংঙমদবা চৈনা ফাওরক্লি। হৌখিবা পুক্সিবু পাম্মুরকই। মশানা মশাবু নিন্দা তৌজরকই। নিংঙমদবা পোক্লকই। নুপা মফম ফত্তে হায়বা হান্না খঙজরল্লবদি ময়ূম পান্দনা লৈরমগদবনি খল্লকই। হৌজিক্তদা তকশি-শোল্লকই। মপা তিন্নদবা, তোংঙান-তোংঙানবা নুপাগা লান্নদুনা পোকপা মচানুপী অনিদুবু নৌহৌননা নুংশিরকই। চেল্লকপা মচা ওইনা মপামদা ৱানা লেনমিন্নরকখিবদু খল্লুরগা মখোল থোক্ল কপ্নিংলকই। মচা অনিদুবু মথানুংদা চেৎনা কোঞ্জনিংলকই। মরাইবক থিরবী মচাদুগীদমক তারক্লিবা মপিসি নত্তনা করিদি লৈগনি মহাক্কী। খল্লি মপিসিদি অদুম্মক শিন্থজরসনু।

তশেংনা মরাইবক থিরবী মমাদুগীদমকসু মরাইবক থিরবী মচানুপীশিংদুনা ৱাজখি। অদুমকপু অফবা মপুরোইবা অমা ফংজখ্রবী মচানুপী অহন্দুদি থোইদোক্ল অৱা মাইয়োক্লখিদে। মচানুপী অতোনবীদুদি হৌজিকসু মখোয়গী মাম্মশিংনসু ইন্থোকপিরবা মমাদুগী য়েংদুনা ময়ূম পান্দনা লৈরি। মমাবু নুংঙাইনা লৈহন্নবগীদমক ইকায়-ইকি কয়া থাদোক্তুনা লৈশাবী অমনা তৌনদবা থবক কয়াসু তৌরি। কনানা তম্বা ঙমগনি মীওইবগী লাইবক! নুপা য়াওদবা য়ূম্বালদা মীনা অমুক্ত হেন্না লাকচখিনি খন্দুনা মচানুপী অতোনবীদো মহৈ-মশিং তম্বা তোকথোক্তুনা নুপা শারগা মোরে করবার চৎপা হৌরকই। ময়াম্না ঙাংনবশিংদু থোইনা তারুদে হিংননবগী লানফমদা লাম্থেংনবনি খন্দুনা। অদুবু ঙসিদি মপুং-মরৈ ফারক্লে। লৈশাবী হায়বদু ওইক্লে। অসুম্না অসুম লৈবা য়াবা মতম ওইরক্তরে। তাইনফমদি লৈতে। কনাদা তাইনরুগনি মমাদা নত্তনা। মমাদা তত্তনসু তাইনৈ—ইমা, নঙনা ঐবুসু মাংহল্লেনে ইমা! মমা-মচাগী মরক্ত ৱায়েনবীনবা কনাসু লৈতে। উপাই লৈরক্ত্রবদা মমা-মচা ওনশিন্নদুনা হেক-হেক কপমিন্নে।

— ইবেম্মা নন্দোমচাদুবু লাক্লবরনেহে ?

নাদুনা লৈরিবী অহন্দো ৱাখল মফাং-মফাং খল্লকই। মমিত্তসু ফৈরেং-ফৈরেং উরকই। তশেংনমক ৱাখল চোইরকপগুম তৌরকই। মীচিকমীরাউখোল তাদ্রবা মতমসিদা মশুনুপীদুবু তপ্না-তপ্না হৌদোক্লি।

হংজরি মন্দোমচাদুবু লাক্লবরা। নুপীমচাদো মিকপ থোক্লকই। তপ্পা-তপ্পা মমিৎসু পাংথোরকই। তথক-তথকচৈ মবোক্কী মশা নুংঙাউতবা হেঞ্জিল্লক্লবজাৎলা খঞ্জদুনা। মবোক্ল তত্তনা হংলি। তত্তনা নিংশিংহল্লি মন্দোমচাবু। অহিংগী মমৈ ওইশিল্লকপসিদা নুপীমচাদুগী থম্মোয়দা মন্দোমচাদুবু নৌহৌননা নুংশিবা পোক্লকই। হিক্ল-হিক্ল কপ্পিংলকই। হায়ফম খঙদে। খুমফম খঙদে মবোক্ল হংলিবদুগী পাউখুম। মমিত্তদি হৌজিকসু তরং-তরংনা উরি ফি অঙৌবনা কুপহৌরবা মন্দোমচাদুবু। মবোকপু ডাক্তরদা পুখৎপিরম্লগা মচে থোক্লবা মহাক্কী (*নুপীমচাদুগী*) মমাবু কৌবা লাকপদা লম্বীদা গাড়ী অমনা থোমজিল্লক্তুনা খুদক্ত মন্দোমচাগী থৱাইগা হকচাংগা খাইনখিবদো। মহাকপুনা মফম অসিদা মবোক্কী সেবাগীদমক থম্বীরি পাউ তাহনবা য়াদে হায়দুনা মেনবিরম্লগা। নাকল অমৱোমদনা মবোক্ল শাওরি ডাক্তরদা পুখৎপিরম্লগা মনাক্ত কনাসু লাক্তে হায়দুনা। খনফম খঙদে নুপীমচাদো। মন্দোমচা শিবগী পাউ তাবদা থকৎপা ফাওজখিদবা মহাক্লা ঙসিদি মচা উনিংবনা ৱাখল চোইরক্লবী মবোক্কী মতৌদুদা নৌহৌননা কপ্পিংবা ফাওরকই। মবোক্কী ঙকশমদা কোনশিন্দুনা অবোক হায়দুনা কপমিন্ননিংলকই। অদুবু করিদি তৌরুগনি কপ্পিংলিবদু খাংজিঞ্জবা নত্তনা। কয়াম কুইনা খাংজিনবা ঙমগনি হায়বদুদি কনানা হায়রুবা ঙমগনি।

নৌরিবী নুপীমচাদুগী থম্মোয়নুংদা ঈফুৎকুন্না হৌরক্লিবা থিঙ্গৎপদা ৱারবা পিরাংদো তপ্পা-তপ্পা অসুম্মক শিঙ্থরকই—মন্দোমচাগীদমক, অশোনবী মবোক্তুগীদমক -।।

# ঙসিসু পাইরক্লে লাম্মৈগী তাঙ্গৈইদো

ফাইরেনগী থামম্বা অহিংনি।

মচি-মচিদা মকাফন্না চাক্লিবা লাম্মৈগী মঙান্না শুক্ল মল্লবা চীংগী লমদমদুবু ঙালহনবগুম তৌরি। অসিগুন্নবা তাঞ্জাসিদা চহি হুম্ফুতরামুক্কী অহল অমখক্তি তুম্বা য়াদ্রমাক্লে তপ্ন মপাল থোক্লকই। ৱাংলবা নোংমাইজিং -চীংগী চীংদোন্নি। কল্লবা নুংশিংকী মিরবা খোঞ্জেল মরক্তা লেপ্লি। ঙাইহাক য়েংজৈ অমম্বা মরক্তা তাল্লবা তমপাক লমদল্লোমদা ওন্দুনা—উদবা কুইরেদা তমগী ইতাও নুংশিবদো! মপূক্লিংদা খঞ্জরকই করিগী খংচৎ—চৎনিংলকইবা। অসুম-অসুম খোইরাংবা হেল্লকই করি থোক্লিগবা তমপাক্তা-করি ওইরিগবা ইতাওদুবো! অদুঙৈ কুমগী নোংহৌ লাকপদা তমপাক্ত ঈশিং চাউরিদরা হায়দুনা ৱাজখিবা, চীংদোল কাদুনা য়েংজখিবদো নত্তে ঙসিদি অদুগুম্বা মিপাইজবগী মিহুল। হায়ফম খঙদনা তমগী মতাওবু খংউ-উজনিংলকপগী থম্মোয়নুংদা ফাওরকপা ইহুন্নি। পাঙ্গল খর য়াওরিঙৈ মতাওগী মনাক্ত অরোইবা ওইনা অমুক্তংদি ময়ৌরুরগে

খঞ্জরকই। ঙসিসিমক, হৌজিকসিমক হায়দুনা লেপচরকই মপূক্লিংদা। ঙাইহাক লেপ্লবা মতুংদা নাশোন পিক্ল চঙলক্তুনা তুমজরিবা মাগী নুপীবু হৌদোকচরে। পাউমৈঞ্জরকই তমদা কুমলুগে ঙসিদি। মাগী নুপীদুদি থোইনা মখা তারক্তে। অদুম্মক তুমথখি। তমদা নত্রগা চীংখোঙদা কুমথরুবা হায়বসে মহৌশানা নোংঙাল্লমদাইগী মতমদদা অয়াম্বা চৎনৈ। থোইদোক্ল অরুবা ওইনসু লৌনদে। মহাকসু নুপীদা চৎফম তাকচবদনি। মখা অমুক তারুদরে। থিহুদে। মোমোন নোক্ল শেৎচিঞ্জে তমগী মচল ইবেম্মনা শাবিবা অরাংবা-ফি মতেক্তুনা নিঙ্গ্রি তাখৎনা। মতাওনা পিবিরকপা অঙাংবা কম্বলদুনা নমদা হাইগৎচৈ। মখূত্ত পাইতুখাউ অমা পায়রদুনা থোঙবা নাম্মা হাংদোরকই। থোক্লকই মপান্দ তপ্না। য়েংজে অমুকসু অমম্বা মরক্তগী তাল্লবা তমপাক লমদমবু। শোঞ্জরকই মপূক্লিংদা ইতাওগী চেংলৌ উদবা কুমওন মশিং য়াল্লক্লেদা। খাম্বা নংহৌদে থাংলকই খোঙথাংদো তুমশিল্লমদাইগী লাম্মৈনা মকা ফল্লকপা, লিরি হুম্বা মালঙবনা তাঙ্গোই হুমদুনা পুখিনবা থৌরাংলকপা তাঞ্জাসিদা। মাইথোং মকা লাম্না তপ্ন-তপ্না কুমথরকই— নোংঙান্দ্রিঙৈ ইতাওগী ময়ূম য়ৌরুরগে।

" ইতাও সিদা ঙাইহাক্ত পোথাখিসিবা ... !"

অদুঙৈ তমগী মতাওনা হেক-হেক পোথাজখিবা লৈতেম মান্নবা চীংথক্কী থেল মচা অমগী মপাদো খূৎলৈ থুনা লাম্ভোকপা ঙমজদে। খংলেপ-লেপ্পি মফমদুদা। মতাওদুবু পোথারিবোই খল্লকই। লৈনা-লৈনা য়েংদুনা মখোঙ অমুক থাংজরকই। চৎনা-চৎনা নোকচৈ—করি ভাবনো ঐনা খল্লিবসে!

" চীংগী ইবুং, নচাশিংনা পাইরকপা লাম্মৈগী তাঙ্গোইবু ফা-ফাদুনা ইবুংবু লাকহৌবরা হায়না হংদুনতা লৈরে ... ! "

পিক্লবা খোঙ-লম্বী মনাক্ত মুশি-মুশি চাক্লিবা লাম্মৈগী তাঙ্গোইবু লিরি-লিরি হুল্লকপা নুংশিৎনা লৈনা জগোই শাহল্লি। করিগুম্বদা হুমদুনসু পুবিখি। দৃশ্য অদু উবদা লোইবী চীংগী অহন্দো থম্মোয়দা নুংওনবা পোক্লকই। নিংশিংদবা ঙল্লক্তে অদুঙৈ তমগী মচল ইবেম্মনা মহাক্ল লাকপা উবদা হরাউনা কৌরকখিবদো। মচাশিংগা লোইননা থোঙ্গান্দ

চেপথনা য়েংলম্বদো উরি হৌজিকসু মমিত্ত। চীংগী ইপা লাকএ-চীংগী ইপা লাকএ হায়দুনা মচাশিংনা চোংজখিবদো খল্লুরগা কপ্লিংবা ফাওজে। মশা পানবা উচেককুম পাইনিংলকই মিকুপসিদা। কপ্লিং-কপ্লিংনা থাংলক্লি খোঙথাংসু লেপ্লা লৈত লাউরপ-লাউরপ্না ৱাখলগা লমজেল তান্নবগুম।

" য়োংচাকসি হন্দোক্লম্মগেনা ইতাও !

ইতাও নঙবু ঐ লোইনা পুবিগেনে ...! "

চৎনা-চৎনা মথন্ত নোকচৈ। নোকচৈ তমগী মতাওনা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকখিবদো নিংশিংলুবদা। মখুৎমক্ল হেকচবা চীংগী য়োংচাক অহাওবদো লমশাং চৎপদা পুবা ৱারদুনা হায়রকখিবনি শ্বোর মপি হোল্লদুনা। মতাওগী মতৌবু য়েংজবা ঙমদ কোকথোংননা পুজবনি পোৎলুম কয়া। পাঙ্গল শোঞ্জবা তমগী মতাওনি খন্না কয়াদা লুনা তৌজখিবা। চাউবা শরেপ ঙাইঙমদনা চীংগী পান্দুম অঙাংবা, থবি, মাইরেল কয়া কোকথোংনদুনা মতাওবু থিন্দোকচখিবদো খল্লুরগা নুংশিরকই। কপ্লিংবগী ঈশ্বলসু ফাওরকই। খঙহৌদে পিরাং ঈহৌরকপা। খঙহৌদে ময়ূম মাইকৈ তাল্লকখিবসু। ৱাংলবা চীংদোল, ঙল্লবা চীংমাই, লুরবা লোকনুং, থেল কয়া তুংওইনরকই। কৌজেং-হারৌ, তাম্নাগী মিরবা খোঞ্জেল কয়াসু তানা তানা তাল্লক্লি। তাল্লবা তমপাক্তো য়ৌশিল্লকপদা অহন্দুগী থম্মোয়দা লাংতক্লবা হেনগৎলকই।

" মতুংদদি চীংদগা চৎলুসি হায়বিরক্কনুকো ... !"

চীংগী লমদম লোইশিল্লক্তুনা তমপাক লমদমগী হৌরকফম ওইরিবা অৱা-পোথানফমগী থেল মচা অমগী ময়াদা লোইবী চীংগী অহন্দো ঙাইহাক লেপচৈ। হুমাং মরিক হন্দোকচৈ। অদুবু মফম অসিগী কাওবা ঙল্লরোইদ্রবা থৌদোক কয়ানা মহাকপু পোথাহন্দে। নিংশিংবগী মৈরিনা হঞ্জিনখিবা হুমাং মরিকশিংগী মহুৎ শিল্লকই। মফমসিদনি তমগী মচল ইবেম্মদুনা মথন্ত শাউজখিবদো। চীঙ্গোই ঈশিং থক্তুনা হুমাং মরিকশিং চামজখিবনি। হৌজিকসু য়ৈররি খোম্থাং ওইনা ঙল্লবা চীংমাইদা য়েংখত্তুনা নোক্ল অমুক ফাগি তৌরকখিবদো— ইবুং অমুক কারুখিসি !

পারি-পুরিশিংগী হাক্তক্তগী ঙাই-শেল ওইনা লৈনরক্লবা মরিনি। চীংমী-তম্মীগী চেৎনা পুনখ্রবা অমত্ত ওইবা লিপুন্নি। অহল-লমনশিংনা নোঙ্গাজখ্রবসু মখোয়গী শেংলবা নুংশি-মরিদুদি মচাশিংগী থম্মোয়দা লেংদনা অদুম্মক মমি তাহৌরি। ঙসিসু মুত্তরি অদুগুম্লবা মরিদো—চীংগী ইতাও পাঙ্গলবা, তমগী ইতাও নুংশিবা,লোইবী ইতা চান্নবী, তমগী ইতা নুংশিবী—অসুম্না মিঙ্গৌনরিবা মখোয়দুগী থম্মোয়দদি। হৌজিকসু খোঙ্গুল লিরক্লি লোইবী চীংগী অহন্দো তমগী ইতাও নুংশিবদো হায়দুনা।

অনৌবা চহিনা লাকপদা তমগী মতাও মহাক্ল চীংগী ইতাওদো হায়দুনা পাউজেঞ্জরিবনি লাক্লনবা। তমগী ইতাওদো হায়দুনা চীংগী মতাও মহাক্লসু নোংঙানবগা তমপাক লমদমবু পাংজরক্লিবনি। কুমগী পোৎথোক তম্মিন্নদুনা হ্রাও-হ্রাও চামিন্নজরিবনি। অরৈ-লৈত তানজরিবনি। নিংথম উল্লেন্না লাকপদা চীংগী ইচাশিংদো হায়দুনা অরৈবা ফিমল খাইজরিবনি। লোক্তাক লৈম্লে অয়াইবা, খুনগী চিনি অঙাংবা, লম্লক্কী হিদাকমনা অয়াকপা শিন্নজরিবনি ময়োম-ময়োম চীংগী ইবুংগীনি হায়দুনা। অমরোমদা চীংগী মতাও মহাক্লসু চীংগী মৈতান অখাংবা, কুমগী চাকহাও অঙাংবা, শওম মশিংখা অকংবা, লাইরেল মহাও অয়াইবা পুদুনা চৎচবনি মতম-মতমগী। পুন্নমকসে নিংশিংলুবদা লোইবী চীংগী অহন্দো থম্মোয়নুংদা খাংঙমদবা মৈরি হৌরকই। চৈনা অমসু ওইহল্লি মরি তৎনরবা ঙাই-শেল অমগুম।

— কুমজা খরদং কুম্লক্তবদা কয়াদা হোংলম্লিবা ফিভম্নো!

লোইবী চীংগী অহন্দো কংলা (*থাঙ্গপাৎ ময়া*) য়ৌরকখিবা খঙহৌদে। খঙহৌদে অমম-অঙাল শিন্নখিবসু। অয়ুক্কী মতম হায়বদো ওইরকই। উরকই হাংনা লৈহৌবা লৌবুক-লমহাং কয়াদা খুন্দা-লৈতারম্বা, পাক্লবা শান্নবুং কয়াবু য়ূম-ইঙ্খোল ওম্থোক্লম্বা, পিক্লবা খোঙ-লম্বী কয়ানা অচৌবা লম্বেল ওইরম্বা। তায়োন্নবা উহল্লিবা কয়াসিনা মপূক্লিংদা খঞ্জরকই লম্বী ওন্নরবরা হায়দুনা। মাইকৈ লেপ্পা ৱারকই। অদুমকপু কংলা তম্না চেল্লিবা অশাংবা ঈশিংখোঙদুনা (*থাঙ্গপাৎ*) মতাওগী মাইকৈ তাকপিরকপগুম তপ্প-তপ্পা ভাব তারকই। কোইনা য়েংদুনা

থিজরকই ইতাওগী য়ুমদুনা কদোমদা। লাপতক্ল লৈশাৎ তল্লিবা চীংথ্রাউ পাম্বী অমনা কৌশিনবিরকপগুম চীংথ্রাউ পাম্বীদু উবদা অহন্দো মশাদা তুচুংলকখিবা খঙহৌদে। কপচনিংবগী ঈথিল অমসু ফাওরকই। নিংশিংলকই অদুঙৈ মখূৎমক্ল থাজরম্বদো মচন্না হায়বা মফমদুমক্তদা। মফমদুমক্কি মতাওগী থোঙ্গালসু। মফমদুমক্কি মতাওগী ময়ুমসু। চীংথ্রাউ তম্না চঙশিঞ্জে। কয়াদা হরাওজরিবনো অহন্দো চেকপলনা কোয়শিল্লবা মতাওগী ফজরবা ময়ুমদু উবদা—ইতাও নঙদি লাইবক ফৈদা, নুংঙাইনা লৈবদুনা নতাও ঐবু কাওথোকপিবকো !

— করিনো চীংগী ইপা, অদুদা লেপ্লিবদি ?

— মন্ত্রি উনগেরো ?

চীংগী অহন্দো চঙফম খঙদ্রদুনা চীংথ্রাউ মখোঙগী গেটমক্তদা লেপচরিঙৈদনি গেটতুবু শঙলিবা শন্ত্রি অনিখক্ল লক্লরকখিবদু। অহন্দুসু উং হায়বা নত্তনা খুমফম খঙখিদে। ঙকচানৈ। মতম লেনশিনবা ওইনা শন্ত্রি অমনা অহন্দুবু কৌশিল্লি। ফাগি কয়া তৌশিনবি। অদুবু ৱারী কয়া শানরবা মতুংদা শন্ত্রি অনিদো তপ্ন-তপ্না ভাব তারকই অহন্দুনা কনাবু থিরকইবনো হায়বা। চমজরবা চীংগী অহন্দুগীদমক নুংঙাইতবা ফাওরকই। মখোয়না খঙজবা, মখোয়না তাজহৌবা মতাওদুগী ৱারী পুম্বা অহন্দুদা লিবীরকই।

অহন্দো ৱারী তানা-তানা মপি শিন্থরকই। খঙহৌদনা কপথোরকই— ইতাও, করিগী নতাও লৈরি কাওথোকপরনে! থম্মোয়দা খুত্তুম্না শুজরকই লৈত-লাইরগী চৈথেংনা ময়ুম -ইশ্বোল য়োম্থোক্লমদুনা মাইকৈ খঙদনা চৎখ্রবা মতাওদুগীদমক। মপূক্লিংদা শোঞ্জরকই কনাগী মকাদা শৈদাংদুনা পিক্লিবা মচাশিংদুগা লৈরিগবা। করিগীদমক নিংশিংবিরক্তে হায়বগী পেন্দবা অমসু পোল্লকই। শন্ত্রি অনিদো অহন্দুগী মতৌদুদা তশেংনা নুংঙাইতবা ফাওরকই। থেমজিনবিরকই কপ্তনবা থেংনবা থোক্লবদি তম্বীগে। ফম্বমথৈ ফম্লগা চীংগী অহন্দো কপ্ন-কপ্না হৌগৎলকই। শিন্নজরকই চীংগী খোইহি অনঙবদো মতাওগীদমক পুজরকপনি হন্না অমুক পুররোই। পিরমগনু য়াদ্রবদা শন্ত্রি অমনা লৌশিল্লি। অয়াওবা পৈশা খর পিবদা লৌ হায়বা য়াদনা অহন্দুদি গেটতুগী ৱাংমা লাম্থোকখি।

চৈনা ফাওহৌরবা শন্ত্রি অনিদো তিঙক-তিঙক য়েংদুনা অদুমক লৈহৌই।

হন্না অমুকফাও য়েংলমদনা লোইবী চীংগী অহন্দো মরূ লৈদা লুকথরদুনা থাংখি খোঙথাং তপ্লপ্পা মতাওবু শোল্ল-শোল্লদুনা—ইতাও, ইতাওগী করি ঝাৎকনি, চীংদা তোংবা নতাওনি করিসু ঙম্লোই খনবরনে। নিংঙমদবগী চৈনা অমসু তত্তনা ফাওজৈ মতাওবু মিরাইখিবরা খঞ্জদুনা। লেপ্তনা থাংখিবা খোঙথাং খুদিংদা তাহৌই থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা পিগী মরিক-মরিকশিং।

লৈশাৎ তল্লিবা চীংথ্রাউদুসু খামজবদি ঙমহৌদ মুনা-মুনা অদুম্মক য়েংদুনা লেপহৌই।। ✍

# ঙাইখিবা তারি নোংলিক অমখক্তি

থাবল ফরবা থেংলবা অহিংনি। রেল গাড়ীগী কদ্রক-কদ্রক হায়বা মখোন্ন নুংশিসনাবু তুমখিনু হায়না খাম্বগুম তৌরি। অদুগা অমুকসু ত্রেনগী থোংনাউদগী ফাওজিল্লকপা থাবলগী মেঙলবা মঙান্না মহাকপু লৌবুক-লমহাংদা শান্নসি হায়না কৌথোক্লকপগুম তৌরি। মপূক্লিং ইরাং-লাংঙি। লৈতাফম খঙদে। তুল্লিবা মপুরোইবগী মাইথোংবু অমুক্তং য়েংজরগা থোংনাউ ময়াদা নকশিল্লি। থাবলগী মরক্ত লেপ্লিবা উপাল-ৱাপাল, লৌবুক-লমহাংশিং কোইনা য়েংদুনা অশাংবা শ্মোর অমা হোন্দোকচৈ। মিৎয়েংখক্তনি মাইকৈ হোংজরিবা। মহাক্কী ৱাখন্দি মনাক্ত লৈরিবা মপুরোইবদুদগী খক লাপথোকউ হায়বা য়াখিদে। ঈরৈগুম উরু-উরু লৈশিন্নরি। নিংশিংলি হন্ন-হন্না। হন্ন-হন্নসু য়ৈররি মহাক্কী নাকোংদা ডাক্তরনা পাউমেল্লকখিবশিংদো—মহাক্কী নুংঙাইনবা তৌবিরো চহি ফাররোই ... । থিংলগে খঞ্জরম্বা পিরাংদো মনিংতম্না শিন্থজরসনু খল্লমাক্লে মখূৎনফাওবা শোকপিরুদ্রে। অউবা কন্নানা নোক্নজরসনু খল্লমাক্লে ফিজিনা ফাওবা তৈথোকপিরুদ্রে।

লুহোংলকপা কুইদ্রিবী মশা লুপ্লবী (*থা মরিগী*) নুংশিসনা ঙসিদি অতোপ্পা মীওই অমগা মনাওনুপা অমগা লোইনদুনা ৱাখল চোইরবা মপুরোইববু মরৈবাক ৱাংমদা লায়েংবা পুরি। ইমুং-মনুংগী অফ-ফত্ত খুদিংমক তানজদুনা মোৎ তিন্ননা লৈমিন্নরকপা মপুরোইবদো ঙসিদি মহাক্কী নুপী নুংশিসনা নত্তনা কনাবুসু মশক খঙলক্তরে। অয়াম্বা মতমদা ইমুংগী মীওইশিংনি হায়বফাও কাওশিল্লক্লে। কনানা তম্বা ঙমগনি ঙরাংগী নিংথৌদো ঙসিনা চাক্লিবা ওইরক্কনি হায়বা! পুংজা খুদিং মিকুপ খুদিং তত্তনা হংলি-তত্তনা কৌরি নুংশিসনা-নুংশিসনা! ফিভমসিদা মপুরোইববু করম্ন মিকুপ অমত্তং ওইরবসু থাদোকলুগনি। করম্না মতুং ইন্নরোইদগে মপুরোইবগী খোঙথাং খুদিংদা। মসিমক্তনা করিগুম্বদা মপুরোইবগী সংস্কারগী মৈনুংদা চোংশিনখ্রসিরা খল্লকই। অমুকসু খল্লকই পুকনুংগী অঙাংসিনা কমদৌবা! করম্না শাংলবা পুন্সি লম্বেলসে ইথন্ত চৎকনি! খল্লুবদা অকিবা ফাওরকই। লম্বী লৈত্রবা চফু মপান্দ কোইনা চৎপা তিন অমগুম মপুকচেল পিকশিল্লকই। চেল্লিবা ত্রেন্দুগী থোংনাউগী য়োৎচৈদা মরাইবক শুজিঞ্জদুনা খাংজবা নত্তনদি করি তৌরুগনি—হে লাইবক, ওম্থোক্ল তমথিনসু তম্বীরম্বোইদা !

— ইতৈমা, তামোদো গাড়ী থেংজিন্নৈ হায়দুনা হোসপিটালদা লৈরে।

পোরোমপাত্তনি। খজিক্তনি শোকপা। পাখৎনিংঙাইদি ওইদে ...!

নুমিৎ অদো কোলেজগী ওজাশিংগী কাদা ফল্লিঙৈদনি। ওজা ওইমিন্নবী মমান্নবী খরগা ছাত্রশিংনা ক্লাস বোইকোট তৌগনি হায়রিবদু মরম চাই-চাদে হায়বগী ৱাফমদা ঙাংনরিঙৈ খঙহৌদনা খেগৎপদগী মশাদা থুক লাউবা ফাওরক্তুনা তিনবোংওই তৌবা খর হন্দোরকখি। খঙহৌদনা তৌরকপা মশাগী ফিভমদুদা মথন্ত ইকায়বনা হায়ফম খঙদ মমাই ঙাংশিল্লকই। চাকমৌবনি হায়বা অয়াম্বা ভাব তানৈ। থা লেপ্পগী খুদমম্নি। নুংশিসনাগী মতৌদুদা হৈ-শিংলবী মমান্নবী মৌনহা অমনা মী পুম্নমক তৌনরিবনি হায়দুনা ইকায়রিবদু থেমজিনবীরকই। ঙন্তানা হল্লগা য়ূমদা পোথারুনবসু তাকপিরি। নুমিৎ খুদিংগী লৌবা লাকচবা মপুরোইবদো ঙাইররোই হায়দুনা নুংশিসনা মমান্নবী অমা-

অনিগা তপ্প-তপ্পা থোক্লকই। চৎনা-চৎনা মমান্নবীশিংদুনা ফাগি তৌশিনবিরকই--ইবেম্মা নুপা ওইনবা য়েত্ত পৈথরগা চৎলুকো। মখোল থোক্ত মমিৎনা নোকচৈ। মিকুপ অমদা খঞ্জরকই—মহাক লাক্লবদি নুংঙাইখ্রনিদা! মানা কয়াদা হরাউজগদবনো! মপুরোইবদা নাপ্প চিক্লা তমজনিংলকই। খঙহৌদে নোক্ল-নোক্ল গেট য়ৌশিল্লকপা। খঙহৌদে গ্রেড-ফোর অমনা নুংশিসনাবু তহা-তহা কৌরকখিবদুসু ফোন অমখক লাকএ হায়দুনা। নুমিৎ অদুদগী হৌনা নুংশিসনাগী মাইথোং মকা লাম্বা ফংজরক্ত্রবনি। ফদবু ফরবদি হায়দুনা য়েংবা য়াবা পুন্নমক য়েংলবা মতুংদা অরোইবা ওইনা মপুরোইববু দেলিগী মমিং চৎলবা হোসপিটালদা পুরুবদনি। অরোইবা লায়েংসিদসু খঙলকখি কোক্ত য়ৈশিনখিবা ওইবনা ব্রেন্দগী সেল নোংম-নোংমগী অসুম শিথরকপনি হায়বা। লায়েংবা য়াররোইদবনি হায়বসু মহাক মুন্না ভাব তারকই। অসিগুম্বা ফিভমসিদা করম্বা নুপীনো লুহোংবা নৌরি হায়দুনা মোন্দা নুংঙাইনা লৈথোক্কদবা! করম্বা নুপীনো মচা ফংগদৌরে হায়দুনা হরাউরুগদবা! কনানো কপ্তুনা লেপ্লোইদবনা! অদুঙৈ টেলিফোন লাক্তিঙৈগী মিকুপ্তা শাগৎচখিবা অশা অদো হৌজিকসু লৈরি। মপুরোইবদা নাপ্প চিক্লা তমজনিংবগী ইখৌলাংবদুসু মাংদরি। থল্লি থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা। মসিমক্তননি করিগুম্বা মতমদা মপুরোইবগী মতুং ইন্নরগে হায়না হেক-হেক খল্লকইবা। তাইনফম খঙদে। কপ্পা নত্তনা করিদি তৌরুনি। নুমিৎ খুদিংগী কপ্লিবনি। চৈরিবনি ঈশ্বরবুসু নুমিৎ খুদিংগী—হে ঈশ্বর, নুংশি হৈতেদকো নহাকসে! ঐবুসু লৌশিনবীরোনে!

— খূজি য়োনবা নুপাদো কদোমদা চৎখরে ...!

দেলিগী রেলরে স্টেসন্দা গাড়ী থাদ্রিঙৈগী ঙাইহাক পম্থরিঙৈ তাঞ্জাদা ৱাখল চোইরবা নুংশিসনাগী মপুরোইবদো খুজি য়োনবা নুপা অমবু তান্নদুনা ফারুই। ত্রেন মনুংদা পুশিল্লকই। য়েংঙি মখল কয়াগী লিক্লিগী খূজিশিংদো। তোংঙান-তোংঙানবা মচুশিং খন্দোকই। লৌথোকই। নুংশিসনাগী খুজেং পায়দুনা শিজিনবী। শিবীনু হায়জবা পুম্বা করিসু থৌশারমদে। অহোইনদুম অচাবা-চাদবা শিন-শিন্দুনা শিজিনবীরি। নুংশিসনাদি মপুরোইবগী মতৌদা কপ্নিংবা অমগা লোইননা ইকায়-নুংশি

য়ান্নবা অদুম্মক খাঙদুনা লৈবা তাখি। তত্তনসু অৱাবা চৈথেং অমা পিরক্লি—নুপা লায়েংবা চৎখ্রগা মানা ইৱাং তৌদুনা লাকএ ঙাংনবিগদবশিংদো খল্লুরগা। মীনা করি হায়নবিখিনি খঞ্জদুনা মপুরোইবনা ফিভম চারক্তবদগী হৌনা ঙসিফাওবদা শেৎনিংবা কয়া শেৎচবা ঙমদ, চানিংবা কয়া চাজবা ঙমদনা খাংদুনা লাক্লিবনি। অদুবু মিকুপসিদা করি ওইররিবা! করম্না মপুরোইববু খামজগনি! ময়াম্বগী মওং, খাংবদা ৱাজরবা মতৈমগী মতৌ উবদা মনাওনুপাদো মতৈমদা তপ্না হায়জরকই—ইতৈমা, তামোদো য়াররোই করিমত্ত হায়রুরনু, মানা শিহন্নিংঙিবা খুজিদো অদুম্মক শিহল্লো। থম্মোয় মশক খঙবীবা মনাওনুপাগী ৱাহৈশিংদো তাবদা নুংশিসনা, খাংজনবগী উপাই অমদি ওইখি। মনাওনুপানা খুজিগী মমল পিখিদুনা খুজিয়োনবদুবু লাপ্না চৎহনখি। মহাক্কী মপুরোইবদি অঙাংমচা অমগী মতৌগুম খুজিদা তান থাদুনা শান্নহৌই। ত্রেনগী মখোলগা খুজিগী মখোলগা হৌবা মান্নহল্লি। হৌজিকসু লৈরি খুজিশিংদো নুংশিসনাগী খুজেংদা। তারি খুজিগী মখোলসু মপুরোইবনা খিংদুনা শান্নখিবগী। খল্লি করম্না চৎকনি খুজিশিংসিগা লোইননা য়ুমদা! কনানা খঙবীগনি মপুরোইবনা নমদুনা শিজিনবীরকপনি হায়বা! খনফম খঙদে। পিরাংনা চোৎলবা খুজিশিংদো অমমমত ওইনা হুক্তোরকই। চেকশিন্না থমজিঞ্জে। হাংলবা খুজেংদা য়েংদুনা শিন্থরক্লিবা পিরাংদুবু খাংগৎনবা হোৎনজরি। করিদি তৌনি থোংনাউদগী হুমজিল্লক্লিবা অঙ্গংবা নুংশিত্ত য়েহঞ্জবা নত্তনা। লাইবক্ত তমখ্রবনি খন্দোকচবা নত্তনদি মহাক্কী পোথাফম কদাইদা ওইরুগনি!

থাজগী মঙালসু শামথরক্লে। মহাক্কী মাইথোংদা হঙ্গৎ-হন্দা চেন্দুনা শান্নজরম্বা পিরাংদুসু লেপখরে। থোংনাউগী মিংশেন্দো তপ্ন-তপ্না চিংথরকই। নুংশিসনা, পিদোল্লবা লমগী খুনু অমগী মতৌগুম মপুরোইবগী খুয়াদা হিপথরকই। খল্লকই মপুক্লিংদা—ঙাইখিবা তারি নোংলিক অমখক্তি মঙৌ কংলবা পামেল অমগী মরূম থুপতুনা !! ✍

# ফেঅরৱেল

— ইচে নত্তবরা?

— উম !

— ঙসি ফেঅরৱেল নুমিৎলা? ঐদি ইচেনা হায়রম্বা নুমিত্ত কাওখরে। ওজা অমদা হংগদৌসু হন্দক্তি ওজা অমত্ত বসসিদা তোংঙক্তে। ইচেগী লুহোংবদু কমদৌখি? ঐদি লুহোংবসু লাকহৌদরে, ইচেদি ঐগীদা লাকই। বসসি পাংগদৌসু য়ূমদা হোংনি হায়দুনা পাংহন্দরে। ইচেনা ফেঅরৱেল পীবা ওইনা কোলেজদা অমুক্তি লাকখিনি হায়বদুদা তপ্পা পিরগে হায়দুনা ফি অমা বসসিদা অদুম হাপ্লিবনি, সে। সিলচরদা চৎখ্রদৌনিনা ইচেদি সিদা অমুক হন্নসু লাক্লরোই।

নুমিদাংৱাই, ময়াং ইম্ফালগী বস পার্কিংনি।

হেন্দিমেন অমখক্ত তরাম্না কৌরকপদা লৈরিকসনা খুম্নিংদনা

খুম্মী। ইকায়-নুংশি য়ান্ননা শকফম হঞ্জিল্লি। মমাই খংমক-মকশিল্লকই। হায়ফম খঙদনা মমিত্ত পিগী ঈরা হৌরকই। মহৌশাগা মান্নদবা মওং অমা উবদা হেন্দিমেন্দো খৌতক চাই। খজিক্তুং ঙকপগুম তৌই। অদুবু ঙাংবদি লেপ্তে। নোকফেৎ ফাওবা তৌরক্ত্রবা মচেগী মাইথোংদা পিগী মরিক অমখক তারকপা উবদা ৱা ঙাংলম্বদু খংলেপ-লেপ্লি। হেন্না ঙকই। মচিন্না হংজবা ঙমলুদ্রবসু মাগী থম্মোয়নুংদদি হংজরি—করিগী পিরাংনো! পাউখুম থিবা হোৎনরিঙৈদা বসতুদি তপ্লি-তপ্লি থৌবা হৌগৎলকই।

লৈরিকসনা, কৈসামপাত্তগীনি। ময়াং ইম্ফালগী প্রাইবেৎ কোলেজ অমদা ওজা ওইদুনা লৈবনি। মহাক্না কোলেজ কাবদা নুমিৎ খুদিংগী কৈসামপাৎ বস পার্কিংদগী গাড়ী তোংবদা বস অমগী হেন্দিমেন অমবু খঙনরকপনি। মৌপ্পা লৈজদবগা মপা-মপা ওইদুনা হেন্দিমেন্দুবু মৌপ্পাগুম লোইনজরিবনি। অমরোমদসু হেন্দিমেন্দুনসু লৈরিকসনাবু পোকমিন্নবা মচেগুম লুনা-চান্না খঞ্জরিবনি। অদুবু ঙসিদি হেন্দিমেন্দো তশেংনা মচেবু উবদা লম্মুক্কবগুম তৌরি। মচিল-মৌপ্পাগী মরক্ত পল অমা খাজিনখ্রবগুম থম্মোয়দা ফাওরকই। মচে শক্লবী লৈরিকসনা সিলচরদা লৈবা মৈতৈনুপা অমগা লুহোংখ্রগনি হায়দুনা বার্ত্তন পিরম্বা নুমিক্তুদগী উরক্তবদুনা ঙসিদি খঙহৌদনা উনররে বস মনুংসিদা। উনবা মিকুপসিদা করিগী মহৌশাগুম হরাও-তয়াম তৌনদ্রিবা! করিগী অচৌবা অহোংবা শক্লোন অমবু পুরক্লিবা! মচেগী শক্তম্না লমহাংনহল্লবা হেন্দিমেন্দো খোম্থি কয়া তারি পেসেঞ্জরশিংনা খাম্মু হায়বা তাহৌদবগী। অদুবু চৈবিরম্লিবশিংদো কয়া থোইনা খল্লুদে। মতমপুম্বদা মানা খল্লিবদি মচেমশক্লবীদুগীদমক্তনি। হৌজিকসু খল্লি—করিগী পিরাংনো-করি তৌরবজাৎনো!

লৈরিকসনা, তৌফম খঙদে। তাল্লবা লৌবুক-লমহাংশিংদু য়েংলি তারক্লিবা পিগী মরিক অমা অনিদুবু তৈথোক্তুনা। পিরাং শিম্থরক্তনবা খাংগৎচবদা অৱাবা অমসু ওইরি। বসতা তোংলিবা মীশিংদুনা উখিগদরা হায়বগীসু মিপাইজে। অদুবু মাগা ফম্মিন্নরীবী ওজাসু ওইমিন্নরিবী মমান্নবীদুদি মাগী তারক্লিবা পিরাংদু উই। মহাক্তনা খঙজে পিরাংদুগী

অর্থসু। খঙই-উই হয়দুনা তেল্লবা মতমসিদা, মীয়াম মমাং অমদি বস মনুংসিদা করম্না মৌপ্পাগুল্লবা হেন্দিমেন্দুদা হায়রুগনি! করম্না ভাব তাহনগনি মহাক্কী মচেম অসিগুম্বা ফিভম অমদা লৈরে হায়বা! অমরোমদা অমুকসু-করম্না মমান্নবীদুগী নুংঙাইতবদু মফমসিদা থেমজিনবিগনি! মাসু অদুম্মক তুমিন্না লৈবা তাবনি। লৈরিকসনা, খঙই মমান্নবীদুসু মাগী নুংঙাইতবদা শরুক য়ারি হায়বসে। মসিমসু খঙই মৌপ্পা শক্লবা হেন্দিমেন্দো করিনো খরদি ঙক্না থোকখরে হায়বা। মানা হঙনিংলিবা, খঙনিংলিবশিংদো করিনো হায়বসু উবা ফংঙি। অদুবু করিদি তৌরুনি মিংকী পিনা মথন্ত শিন্থজরকপদু ঙাইবা নত্তনা। হৌজিকসু মতম্বাক্তা অদুম্মক লৈরি মৌপ্পানা পিরকপা লুহোংবগী পোৎপাং-ফি অদো। মচে লুহোংবগীনি হায়দুনা তম্লকপা খুদোলপোৎ। করম্না মৌপ্পাগী খুদোলদো হন্দোকলুগনি! অমরোমদা অমুক—করম্না লুহোং বগী খুদোলনি হায়দুনা ময়ূমদা হরাওনা পুখিগনি! পিরক্লিবা খুদোলসিনা লৈরিকসনাদা অনৌবা চৈনা অমা অমুক ওইহল্লরে। তুমদুনা লৈখ্রবা থৌদোক কয়াবু হৌদোকপিরি। নিংশিংনিংদ্রবা থৌদোক কয়াদুনা মৈরি ওইদুনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা তপ্লি-তপ্লি চাকপা হৌরক্লি।

মপাল লমদা এম. এ তম্লিঙৈদা খঙনজরকপা সিলচরগী মৈতৈনুপা অমবু অহল-লমনশিংদা হায়ন—শিংনহন্দুনা লুহোংনবা শিনবিরকপদা লৈরিকসনা, কয়াগী মতিক হরাও-মথোই কাজখিবা। ব্বখলনা মশা ওইদুনা অহাংবা অতিয়াদা কোইনা পাইজখিবা! চীং, পাৎ, তুরেল কয়া শম-শমদুনা কোইচেন-চেন্দুনা শান্নজখিবা! পুন্নমক্তু ঙসিদি মৈরি ওইনা চাক্লক্লে। পিরাং ওইনা শিন্থরক্লে। মমা লৈবাক মনিপুর, হৌদোরকপদগী পুজরক্লবা কোলেজ, নুংশিজরবা মতারোই কয়া কয়া কাইনরগনি খল্লুবদা চোংখিবা থম্মোয়গী মিহুন ঙসিদি মাংখরে। তিনখরে পিরাংলক্ত পুন্নমক। হৌজিকসু নুংশিবা মহাক অদুগীদমক পি শিন্থরি। নিংশিংলি লুহোংবা হয়েংনি হায়বদুগী অয়ুক্ত লাকখিবা টেলিফোন। সিলচর টু ইম্ফাল পাইগদবা প্লেন অমা পাইবা হৌগৎলকপদা ইঞ্জিন ফেল ওইরক্তুনা কাইখিবগী পাউ। প্লেন কায়বদা য়াওখ্রবশিংদুগী মরক্ত মহাক্কী বোর ওইগদৌরিবা সিলচরগী নুংশিবা মহাক অদুসু অমনি হায়বা খঙলক্লবদা মহাক্না তৌফম খঙদ ঙাওচৎনখিবগী মতৌ।

করম্নবু কাউথোক্কনি ইকায়-নুংশি য়ান্নদুনা শিজরগে থৌরাংলুবগী থৌদোক্তুবু। ফোংদোকলুবসু য়াদ, মপান থোক্ন কপলুবসু ঙমদ কয়াদা ৱানা খাংজখিবনো মতমদুদা। পুন্নমক অসি করম্না হায়রুগনি। করম্না পুন্নমক অসিবু নমহত্তুনা নোকলুগনি। মিৎকী পিনা অদুম্মক মহুৎ শিনখিবা তাবনি।

ইম্ফাল য়ৌরকখিবা খঙহৌদে। পার্কিং য়ৌরে-পার্কিং য়ৌরে হায়নরকপা মখোলদা খঙলকই ৱাহেংলৈকাইগী বস পার্কিংদুনি হায়বা। ৱাখলনা মাইকৈ খঙদ পুবিরকপনা কৈসামপাৎ মপা হেন্দোকখিবা খঙহৌদে। মমান্নবীদুসু অদু মঙাই চপ মান্নে। হেন্দিমেন্দুসু অদু মঙাই। লৈরিকসনা অশাংবা শ্বোর অমত্তং হোন্দোকচরগা মতম্বাক্ত লৈরিবা মৌপ্পানা পিরকপা লুহোংবগী খুদোলপোত্তো মমান্নবীগী মতম্বাক্ত থল্লগা তপ্না হৌগৎলকই। মমান্নবীদুসু খঙই পিরক্লিবা পোত্তো ঙাইহাক্তংগী ওইনা পায়বিনবগী পিরকপা নত্তে হায়বা। ৱা অমত্ত ঙাংনদে। মহাক্কী বেগতা হাপচিল্লি। বসতগী তপ্লি-তপ্লি কুমথমিন্নরকই। খল্লি নোংমা লৈরিকসনা য়াওরক্তবা নুমিৎ অমদা ৱারি পুম্বা হেন্দিমেন্দুদা তম্লগে। লৈরিকসনাসু খল্লি নোংমা কনাদগীনো ৱারি পুম্বসে তাজরসনু।

— ইচেহোই চৎখ্রগে নুংতিগী কোলেজ কারক্লদৌবনি।

হেন্দিমেন্দো হঙজনিংবা কয়া হংবা ঙমহৌদে। মচেশিংদুনা চৎখিবদু তুমিন্না অদুম্মক য়েংদুনা লৈহৌই। উহৌই পিনা নিক-নিক লাউরবা মচেম শক্লবীদুগী মাইথোং থম্মোয়নুংদা চিংনবা অমখক্তি ফাওহৌই নুংতিগী কোলেজ কারক্লগনি হায়রম্বা চৎমিন্নখিবী মমান্নবীদুগী ৱাহৈদুদা। ৱাহৈদুদা ঙাইহাক লম্মুক্লে। খল্লি মচেম শক্লবী লৈরিকসনানা মাগী লুহোংবদা ওইনা ফেঅরৱেল পিখ্রবজাৎলা !! ✍

# বজারগী কাওদুদি তেংথাহৌরি

— চেল্লো, চেল্লো!

— ময়াম করিসু তৌরোইয়ে, শন কিহনবগী মখোন্নে।

— করিনোনে তৌরিসিবো!

অয়ুক্কী পুং মাপলমুক্কী অদুরাইনি।

চহি মরিফু তানখৎলক্লবী খ্বাংচেৎ লাক্লবী ক্বা-মনা য়োনবী হনুবী অমখক কোল্লি-কোল্লি বসতগী কুমথদুনা মাগী পোৎফম তান্না লাকই। ফনা অহল ওইজরবসু, মখ্বাং কোন্তক তৌজরবসু য়েংবদা মশাদু খিং-খাং লাউই। নহাগুম তগৎ-তগৎ তেক্লি হায়বা য়াই। চৈশুসু পাইদে, মমিৎ-মনাসু চোইদে। মানা চৎকদবা লম্বীদা চুন্না অদুম্মক চৎলি। শামু মখোঙগী ত্রাফিক মপা য়ৌরকপদনি নোংমৈ মখোল অনিখক থংন-থংননা তারকখিবদু। মথন্ত খংজে। চপ লেপ্পি। মীয়ামসু খংদুনা পাখৎনৈ। অদুবু অহন্দুগী মমিত্তদি মীয়ামদুনা কারা অমা হেনবগুম

উরি। অমরোমদবুদি বজারগী মীয়াম হায়নরিবনি মখল শুনা তিল্লিবা। শন ৰাইনবদদা চাউরবা বজারসে কাইজরিবনি। নোংমৈ মখোলসিদদি করি ওইরুগনি! মখোন্দুদা মীয়াম কাইদুনা চেন্নে। দুকান খরসু থোঙ গম-গম লাউনা থিংজিন্নরকই। করিগীনো হায়বদি কনামত্ত খঙনদে। ইরাং-লাংঙি। ইপা-পাখৎনৈ। কনানা লাউরি—চেল্লো-চেল্লো, পাকথৌ-পাকথৌ। খরনা লেপ্লাউ লাউরকই—করিসু তৌরোইয়ে, পাখৎপিনো। কনা অমনা অমুকসু লাউরক্লি শন কিহনবগীনি হায়দুনা। অহল ওইরবী হনুবীদুদি খজিক্তং তিংঙক-মাইঙকনজরবসু ইপা-পাখত্তবগুম তৌই। কনানা খঙগনি! চেনবসু ঙম্নরোই, শিরবসু য়ারবনি খল্লবরা খঙদে, খোঙথাংদংদি লেপ্পি। অহোইনদুম মখ্বাং তিংখত্তুনা ময়াম্না চেন্নরিবদো য়েংঙি। তাই ময়াম্না ঙাংনরিবা-লাউনরিবশিংদো। ঙাইহাক্তং লৈরগা মীয়ামদো মরম খঙলক্লুবরা খঙদে লাংনরম্বা চেন্নরম্বা পুম্নমক তপ্লি-তপ্লি হুম্থনরকই। লোনশিন্নরুরবা দুকানশিংসু নোকমি-নোকমি হাংদোক্লরকই।

— ইশুশা, শরেং য়োনফম মনাক্ত ওমশিন্নরিসিবো কৈদৌনবা য়াওরগেনেহে?

— অবোক বজারগী অঙাওবদু অসিদা শিরম্মে হায়য়ে, অদুগীনি।

— ও নুংঙাইতেদা!

হনুবীদো মশাগী পোৎফমদা চঙদ্রদনা ময়াম তিল্লিবা মফম অদোমদা মখোঙ থাংলকই। মমিত্ত তরং-তরং উরকই ঙরাং নুমিদাং হনুবীদুনা হল্লমদাইদা মহৌশাগুম কবোক-অখিংবা খর পিবদা লৌ হায়বা য়াহৌদবা, তুমিন্না দুকান মমাংগী ধারিদা হিপহৌবদু। নিংশিংলকই অঙাওবা নুপাদুগী মনাক্ত লেপহৌবা খ্বাইরম্বন্দ বজারগী অচৌবা কাওদুসু। নুমিৎ খুদিংগীদি ক্বা-মনা মখোক, ফত্তবা মনাশিং পিবদা হরাও-হরাও চাজবনি। হৌখিবা নুমিদাংদুদি কাওদুসু মনমদমক নল্লগা মমাই লৈথোকখিবনি। খল্লুবদা হনুবীদো কপ্পিংবা ফাওজে।

— ময়াম হন্দোকও-হন্দোকও, সিবু কুম্মেরো!

— ইবুংঙো, ইমা অমুক্ত চঙগেবা?

— করিনো ইমা? সি কুম্মে নত্তে! থোকপিখরো।

মতম কুইনদগী বজারদা তারক্লবা অঙাওবা নুপা অদোঁ ঙসিদি খঙহৌদনা শিরে। অয়ুক অঙনবদা বজার মনুংগী শরেং য়োনফম মনাক্তনি। মহাক্ল শিরবা মতমসিদদি বজারগী অচৌবা শঞ্জাওদু নত্তনা কনানসু মাগীদমক পিরাং শিন্থবিখিদে। কপ্লি হৌজিকসু মহাক্তি অশিবা মশাগী মথক্ত মঙক থল্লদুনা। অমরোমদা বজার ঙাকপা পুলিস খরনা অশিবা মশাদুবু পুথোকখিনবা হোৎনরি। মনাক্ত লৈরিবা শনদো তাম্থোক্লবা হোৎনজবা পুম্বা অরেম্বা ওইরি। ফুবদা মনম পোপ্লবা শঞ্জাওদো মচিফাওবা লেংদে। চৈনা ফাওদবগুম্বনি। কনানা খঙগনি ফুরকইবা চৈনাদুদগী মরুপ কাইনবগী চৈনানা হেন্না কল্লম্বসু! মরুপকীদমক মনিংতম্না কপচবা ফংদ্রবা লোল থোক্ত্রবা শাদো মাবু ফুরক্লিবা পুলিসতুদা অমদি চঙলকপা মীশিংদা ৰাইবা হৌরকই। নোংমৈ মখোন্না কিহল্লফাওবা নাচুংবিদ্রবা, মনাক্ত চঙবফাওবা য়ারক্ত্রবদা পুলিসশিংদো অমনা অমদা ইনশিন্নরি। উপাই থিনরি। মশাদা নোংমৈনা কাপশিনগদবদা ঙাইরবা মতাংনি হায়বা য়াই। লৈনরিবা মওংদুদা ওইথোক্লরোই হায়বসি হনুবীদুদনা খঙজৈ। অদুগা মসিমসু খঙজৈ মহাক নত্তনা কনানসু শঞ্জাওদুবু হৌগৎহনবা ঙল্লোই হায়বসি। অদুবু মীয়াম্না কোইশিল্লিবা মতৌদুদা চঙশিনবদি ঙমজদে। অমরোমদা অমুকসু পুলিসশিংনা মীয়ামদুবু অমুক-অমুক তানখাইরি।

খ্বাইরম্বন্দ বজারগী কাও হায়রগা খঙদবা কনা লৈরিবগে! বজার মনুংগী অঙাওবদু হায়রগা খঙলোইদবনা কনানো! কা-মনা য়োনবী হনুবীদো হায়রগা খঙনদবা কনা য়াওরিবগে! তোংঙান-তোংঙানবা মফমদগী হৌরকপা, তোংঙান-তোংঙানবা শাজৎ চৎনরিবা থৰাই পানবা জিব ঙাক্তনি। অদুবু মখোয় অহুমগী মরক্ত করম্বা থম্মোয়নুংগী অচেৎপা মরি লৈনরিবা হায়বদুদি কনানা খঙগনি! তশেংনমক খ্বাইরম্বন্দ বজারসিদি মখোয় অহুমগী ইমুংমক্লি। অদুগা অসুক্কী মতিক চান্নে, অসুক্কী মতিকসু নুংশিনৈ। করিগুম্বা মতমদা থেংলফাওবদা হনুবীদুনা মখোয়গী মনাক্ত লাক্ত্রবদা শনদো অঙাওবদুগা লোইননা লাক্লগা পোৎফম মনাক্ত হেক-হেক লেপ্লে। করিগুম্বদা হনুবীদুনা চৎলুবদা মখোয়গী পোথাফমদা লৈরমদ্রবদা তত্তনা থিজৈ অঙাওবদুনা কদোমদা-শনদুনা কদাইদা। অমরোমদা অমুকসু থেংলবা অহিং কয়াদা শনদুনা অঙাওবদুবু থিজৈ। অঙাওবদুনা

শনদুবু অমুক থিজৈ। ওমচাক্লরবা অহিং কয়া, নোংজুগী অহিং, তনিক্লবা নিংথম-উক্লেনগী অহিং কয়া কয়া য়ারেকমিন্নরক্লি ঙাসিফাওবা। অদুবু ঙসিদি মখোয়গী মরক্তগী মরুপ অমা চৎখরে। নুংশি-নুংশিনা কাইনখরে। হিমাই চুম্বীনবা নৌ মাংখ্রবগুম লোম্থোক্লবা শাদুগী থম্মোয়নুংদা ফাওরমগনি হায়বসিদি কনানা খঙগনি।

— মনা য়োনবী অবোক লাকত্র-লাকত্র!

— হনুবীদুগা কাওদুগা খঙনবনে!

— নখোয়না তাম্থোকপা য়ারোই, মাবু তাম্থোকহল্লু পুলিসা বাবু!

অখঙবা কনাগী খোল্লাওদুদা পুলিসশিংদো তশেংনা ঙকচানৈ। ইকায়বা অমসু ফাওজৈ। মখোয়না তানবদা চৎলু য়াদ্রবা, মখোয়দা ওনসিন্দুনা ৱাইরক্লবা শনজাওদুবু হনুবীসিনা করম্না তাম্থোক্কদৌরিবা! মখল কয়াগী উপাই য়েংবদা মচিফাওবা লেংদ্রবসিদা হনুবীদুগী করম্বা উপাইনো য়েংগদৌরিবা! য়েংনিংবা ফাওরকই। অদুবু হনুবীদুবু থাজিনগদবা হঙ্গোইজৈ। পাঙদবা পুলিসনি হায়নখিগদরা হায়বগী নুংনাংজৈ। মীয়ামগী খোল্লাউদি কনশিল্লক্লি। চিংন-চিংননা হনুবীদুবু শনদুগী মনাক্ত চঙহল্লি। পাঙ্গল্লবা পুলিসশিংদুদি লাপ্তক্না শনলোমদা নোংমৈ মতোন ওনশিল্লি। অঙকপনি শেংলবা থম্মোয়গী মরি! মপি শিম্থনা কোঞ্জরম্বা শঞ্জাওদো হনুবীদুবু উবদা হনুবীদুদা মচিন্না নৈবোই-হনবোই তৌরগা তপ্ন-তপ্না হৌগৎলকই। হনুবীদুসু মপি শিম্থনা শঞ্জাওদুদা পোপ-পোপ থাবিরি—নঙগী নতাওদি শিরবনি, চৎলো আদা লৈরুরো। থম্মোয় শোক্লবা শনজাওদো শিরিবা মতাওদুদা অমুক্তং মুন্না য়েংজরগা মীরক খায়দুনা তুমিন্না চৎখি। মীরোল খঙলবা শাগী মতৌদুদা ঙক্লদুনা তিল্লিবা মীয়ামদো হেন্না নিল-খোংলকই। হনুবীদুবুসু থাগৎনরকই।

মিকুপ খরগী মনুংদা অশিবা মশাদু পুথোকখরে। মীয়ামদুসু অমমম-অনিনি হাইদোক্লখিদুনা মফম অদো ইচিক-চিকহৌরে। তপ্লি-তপ্লি, নুংঙাইত-নুংঙাইত হনুবীদুসু মাগী পোৎফল্লোমদা মখোঙ থাংলকই। অদুবু বজারগী কাওদুদি হৌনা অমুক্তং খোংলদুনা তেংথাহৌরি!! ✍

# ইম্ফাল-সহরগী অঙ্গৈং-অশা

— তাচৌ সে। কয়া শাবা য়াগনি অমুক্ত য়েংবিয়ু।

— করি ময়োমনো? খুজাই, ফৈজোম। ঐ মসিগুম্বসি লৌবা তল্লি, পুখো পুখো।

— তাচৌ খিৎ তৌবিরক্লনুসে। খোরচা লৈমন্দবদগী নোংফাদোক তৌরকপগী ৱাদনি।

— হোইদা হোইদা খঙইদা।

নুমিদাংৱাইরমনি।

ইম্ফাল সহরগী বজার মনুংদা লৈবা অচৌবা চাক্কী হোতেল অমদা ইনখৎলক্লিবা নুপামচা অমখক পোৎ ময়োম অমগা লোইননা চঙলকই। হোতেল মেনেজরদুদা পি। হান্নদগী অসিগুম্বা পোৎ-চৈ লৌথোক-লৌশিন তৌনরকপা মুন্না খংনবা মীওইনি। হান্নদগী লৈনরকপা মরিদুগী য়েংদুনা পামদ-পামদা লৌশিল্লি। অদুম ওইনমক মনাওগুল্লবা

নুপামচাদুদা ফজবা ব্রাহৈনা অসিগুম্বা থবকসি মতুংদা অমুক হন্না তৌরক্তনবা অমদি ঙাওশিন্নদনবা হায়জে। অদুমকপু মচা-মনাওমক্তি নত্তবনিনা কন্না হায়রুবদি ঙমদে। মহৈ-মশিং তমজরিবা মহাক্কীদমক্ত থম্মোয়নুংদা নুংঙাইতবা অমখক্তি ফাওই।

নুপামচা অদো ইম্ফালদা হোঙ্গৎলকপা কুইদ্রিবনি। অদুবু মহাক্না ইম্ফালগী কাচিন-কোয়া খঙদবা য়াওদে। ইম্ফালদা চৎনরিবা মওং-মতৌ, ইথক-ইরাংসু মুন্না খঙই। খঙবদা নত্তনা মশামকসু ইথক-ইরাংদা লুপ্লি। হোতেল মেনেজরদুনা নুংশিদুনা হায়রিবশিংদো মাদি নোকমি-নোকমিদমক তাই। থোইনা ইকায়বা ফাওদবগুম তৌই। অদুমকপু মমাই লুকথরদুনা হোতেল মনুংলোমদা চঙখি।

— তাচৌ নুপীগী ঘড়ীনি সে। ঙসিদি মীনা পৈশা পিবিরক্তরে।

— পামদে পামদে। হন্দোক্কনি হায়রগা হন্দোক্তবা য়ান্না লৈখরে।

— ফরক তাদুনা তৌবনি হয়েং শোইদনা হন্দোকচগে তাচৌ। মতম য়ৌশিল্লক্লে হায়দুনা তৌবনি। ময়োম অনিখক্তনি।

ইকান কান্নদনা নুপা অমখকসু হোতেলদুদা চঙলকই। পামদ-পামদ লৌহৌরবা ঘড়ীদুগী মমল ওইনা ময়োম মচা অমখক পিখি। হেরোইন নম্বর ফোরনি। ইনাখুনবা ইমুং অমগী পাখংমচানি। মখোয়গীদমক্ত খল্লুবদা নুংঙাইজদে। অদুবু করিদি তৌরুনি। মহাক্কীসু মচা ময়াম অমা থাকপা ঙম্নবা জাৎ-জাৎকী করবার হোৎনরিবনি। নুপাদুনা থোকখিবদু য়েংনা-য়েংনা মপূক্লিংদা খঞ্জে—ঙসিগী দাওসিদি পৈশাগী দাও নত্রেদনা!

— ইপল!

— অচৌবা!

— থাজদনা!

— ইবুংঙোগী হোতেল অমা ফম্মী হায়বদু অসি ওইরে।

— মান্নি ইপল।

— ঐদি খঙপোৎ নত্তে, নহা খরনা হোতেন্নি হায়বদুদা চা থক্কে হায়দুনা চঙলকইবনি।

ঙাইহাক লৈরগা অহল অমা অমুক কোইয়েং-য়েংলগা হোতেল মনুংদুদা চঙলকই। হান্ন খঙনখিবা অহলনি। তরাম্না কৌশিল্লি। চাগী হোতেল নত্রবসু চা থকমিন্নখিসি হায়দুনা ফমহল্লি। চা থকমিন্নে। ইমুং-মনুংগী, লৈত-লাইরগী ৱারি কয়া শানৈ। অহন্দুনা বজার মনুংগী লেট্রিন্দা চঙখ্রিঙৈদা মহাক্কী খুজাই অহনবা অমগা ফৈজোম অহনবা অমগা য়াওবা পোৎ ময়োম অমা লৈরমদবগী থৌদোক্তু নুংঙাইতনা পাউদমজে। নুংঙাইত-নুংঙাইত চা গ্লাস অমগী মফম থিরকপদা হোতেলসিদা চঙলকপনি তাবদা মেনেজরদো তশেংনমক কপ্লিংবা অমা ফাওজে। মহাক্তি খঙই পোৎ ময়োম অদো কনানসু লৌবা নত্তে হায়বা। অদুবু করম্নদি হায়রুনি। মহাক্কী মচামক্তু নৎলমদ্রবদি অহন্দুগী মতেং শোইদনা পাংলমগদবনি। থম্মোয়না য়ানিংদ-য়ানিংদ মহাকসু অহন্দুদা অদুম্মক মীনম্বা তাখি।

অহল অদো অথাপ্পা খুঙ্গং অমদগী ময়ূম-ইঙ্খোল য়োম্থোক্লম্লগা হেন্না নুংঙাইরক্লগনি, হেন্না ফরক্লগনি খঞ্জদুনা ইম্ফালদা হোঙ্গৎচরকপনি। অদুবু ইম্ফালদা লৈরবা মতমসিদা ইম্ফাল-সহরগী ইরাংগী ওইবা ফত্তবা মওং কয়া উরকপা অমদি মচা-মনাওশিংগী হোংলক্লবা লমচৎ কয়া খঙলক্লবদা ইম্ফালদা লৈরগা হেন্না ফরক্কনি খঞ্জরম্বা অশা পুম্বা মাংশিল্লক্লম্মী। তাল্লবা খুঙ্গংগী চম্লবা পুন্সি মরেলদুবু নৌহৌননা নুংশিরকই। লৌ-শিং উজরগা মতম মতমগী পোৎ-চৈ থাদুনা লেঞ্জরম্বা পুন্সিদু তত্তনা নিংশিংলকই। তত্তনসু খল্লি ইম্ফালসিদি অদুগুম্বা পাঙ্গলগী থবক শুফম লৈতবা মফমনি। হেন্নদুম ৱানবগী মশক্লি। অমরোমদা লাইরিক তম্না-তম্না য়ূমগী মতেং পাংজরম্বা মচাশিংনা মফম অসিদা লৈরক্লবদা তায়োন্নরকপগী থৌদোক ৱাথোক কয়ানা তত্তনা অৱাবা অমুক ওইহল্লি। হায়ন-তানবা য়ারক্তবগী চৈথেং অমনসু তত্তনা অৱাবা পিরি। মফম অসিগী চুশিন্নৌ য়াদ্রবা অইং-অশাগী ফিভম কয়াসিনা তশেংনমক অহল অদো মহাক্কী পোক্লফম মরমদমদুদা অমুক হন্না হোংথনিংলকখি। অদুম ওইনমক য়ূমহোং তোইরগা লাইর তাল্লি হায়বা চুল্লবা পাউরৌ অমনা মহাকপু মফম অসিদা অদুম্মক লৈহনবা তাখি। হেন্নদুম ৱারক্কদবা ফিভম অমা উরকপনা হৈনিংদ-হৈনিংদ মপূক্লিংদা ইম্ফাল-সহরগী অঙৈং-অশাশিংসে খাংলগে খঞ্জরকই।

খুঙ্গংগী অহলদো থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা লৈরম্বা চৈথেং কয়া ফোংদোকচরবদা মশা অদো খজিক্তং য়াংজবগুম ফাওজে। থেংজিল্লক্লে হায়দুনা কোল্লি-কোল্লি হোতেন্দুদগী অমুক থোকখি। হোতেল মেনেজরদুদি চমজরবা অহন্দুবু নুংঙাইতনা য়েংজহৌই।

— মেনেজর বাবু ৱারৌবিবা য়াদে ঙসিদি চ্যেক তৌজবা তারিয়ে!

য়াচংলকপা মতমদা পুলিস মরি -মঙাখক হোতেন্দুদা চঙলকই। মেনেজরদুদা ৱাহং-পাউহং কয়া অমসু তৌই। পুলিসশিংদো হোতেল মনুংগী কাশিংদুদা মরি-মরি চঙখি। কেবিন্দ ফল্লম্বা নুপা-নুপী কয়া অমা হোইদুনা পুথোরকই। পুলিস অমনা অমুক মেনেজরদুদা ৱার্নিং পিরম্মী। পুথোকরকইবা মীশিংদুবু হোতেল মমাংদা খাল্লিবা অচৌবা গাড়ী অমদা হোইগৎলি। থিঙ্গুদে, গাড়ীদু তপ্পা-তপ্পা থৌবা হৌখি। হোতেল মেনেজরদুদি গাড়ীদুনা মিৎয়েংগী ৱাংমা লানখ্রফাওবদা য়েংদুনা অদুম্মক লৈহৌই। মহৌশাগা মান্নদবা নিংঙমদবগী মিৎয়েংনি। হোতেন্দা চঙলক্লগা পুলিসনা মী ফারবা হায়বসে ঙসিখক্তগী ৱা নত্তে। মরক-মরক্ত অসুন্না তৌরিবনি। মহাক্লা তৌরিবা কারবারসিনসু অদুম্মক পুলিসসু লাকপা তাবনি। নোংমগী দাওনা পুবা হায়বদুনি। মদুগীদমক্তদি থোইনা খল্লুদে। থোইনসু ৱারুদে। মহাক্লা নিংঙমহৌদ্রিবদি খুঙ্গংদগী হোঙ্গৎচরকপা নুপামচা অমা য়াওখিবদুগীনি। চমজরবা খুঙ্গংগী মপাদুনা ৱাজহৌগদবদু খল্লুবদা মেনেজরদো তশেংনা থম্মোয়দা নুংঙাইতবগী চৈনা অমখক্তি ফাওহৌই।

— ইবুংঙো ঐনা তারকইবসি অচুম্বরা?

থোঙ লোনশিনবা হৌগৎলকপদা খুঙ্গংদগী হোঙ্গৎলকপা অহন্দো হোতেলগী পদার হাইদোরক্তুনা মনুংলোমদা মঙক লিৎশিল্লকই। শ্বোর থবেৎ-থবেৎ হোনবমখৈ পাখৎচৈ। অহন্দুবু হেক উবমক্তদা মেনেজরদো ভাব তাই। কৌশিন্দুনা ফমহল্লি। পাখত্তনবা মপূক্লিং ফাথবি। মেনেজরদুনা মচাদুবু লৌথোকপিরুগনি হায়বগী থাজবা অমা পিদুনা অহন্দুবু অমুক হলহনখি।

অহন্দো হোতেন্দুদগীদি থোক্লক্লে। মখোঙ থাংবদি থোক্তবগুম্বনি। কদোমদা চৎসিগে খঞ্জানৈ। ময়ুমদা নত্তনদি কদাইদা চৎলুগনি। খূৎ তুংবুন্নরদুনা মমাই লুকথনা তপ্না-তপ্না মখোঙ থাংবা হৌরকই। খল্লকই হোতেলসিমক্তগীরা মমাং থাদা নুপী থিয়ু য়াদ্রবা মঙাও থিরবা মনাওনুপা অমবু নুপী অমগা কৈন্যা কৎপিরকখিবদু! অশাংবা শ্বোর অমা হোন্দোকচরকই--মসি ওইরে ইম্ফাল -সহরগী অঙ্গৈং-অশা হায়বদো।। ✍

# মনিপুর প্রজাশিংগীদমক

— প্লেন পাইরক্লে, প্লেন পাইরক্লে!

— হান্না লাকখ্রবনে য়ৌরক্লনিয়ে!

— আদা গাড়ী মরি-মরি লাকইসে অসিনে!

ভারতকী ফন্নাইবা নত্রগা মরুওইবা মীওই অমা লাকপা মতমদা মনিপুরগী মীয়ান্না হরাউনা ওকপা হায়বসি অমুক্ত য়াওখিদ্রি হায়বা য়াই সুপ্নদংগী বোক্সিংগী ইন্টরনেস্নেল প্লেয়র ওইরিবা দিংকোবু ওকখিবা নত্তনা। জাতি -বিজাতি খাইদনা ছাত্র-ছাত্রিশিং, নহারোলশিং , সরকারগী কর্ম্মচারিশিং, লৈবাকসিগী অঙম-অথৌ কয়া অমদি য়ূমদগী মপাল থোকচদ্রবা নুপী, ওহল-অঙাংফাওবনা লম্বী-শোরোক্ত থোক্লক্তুনা মহাকপু তরান্না ওকখি। য়েংলখি। অদুগুম্লবা মীয়ামগী শহজোক অদুমক্লি ঙসি মনিপুর ইমাগী তমপাকসিদা উরিবসিসু। মীয়াম হুপ্না থোক্লক্তুনা লম্বী-শোরোক্ত ঙাইনরি ভারতকী নিংথৌরেল ওইরিবা রাস্ট্রপতিবু ওক্কদবগী।

তিল্লি মীয়াম কয়া অমসু মহাক্কী ৰাঙাং তাগদবগী। অদুবু কনানা খঙগনি মহাকপু নুংশিদুনা ওক্লিবরা! নত্রগা করিগুম্বা খরগীদমক ইখৌ-লাংদুনা ঙাইনরিবরা!

নিংথৌ পানবা, নিং-খা তমজরম্বা মনিপুর ঙসিদি ওইরে ভারতকী লৈঙাক মখাদা লৈবা লোইলম অমগুম। অদুঙৈ বৃটিশ সম্র্যাজগা মাইয়োক্লদুনা কল্লবা মৈতৈগী লিংজেল উৎলম্বা কয়াদুসু মুৎখরে ঙসিদি মৈতৈগী শেংলবা ঈনা মাংখিবগা লোয়ননা। মতম কুইনদগী উংখৎনরকপনা খঙহৌদবা মিকুপ্ত থোক্লরে হৌজিক্তি মনিপুরদা সিভিল ৱার হায়বদো। হিংসা কয়াগী মতুংদা তপ্ন-তপ্না থোকচরকপা অহিংসাদা য়ূমফম ওইবা লালনি। তশেংনমক অপুনবা প্রজাগী কল্লবা ঈহৌনি। থিরক্লি মীয়াম হুপ্না মীওইবগী অধিকার কদাইদনো!

মনিপুর কল্লু ...!

চীং-তম চপ মান্নহল্লু ...!

ভারতকী নাগরিক অমনা ফংফম থোকপদু চপ চানা ফংহল্লু ...!

নত্রগনা ঙসিমক মনিপুরবু হান্নগুম নিং-তমজবা লৈবাক অমা ওইহল্লু ...!

শ্লোগান কয়া লাউরি অমত্ত ওইবা খোঞ্জেন্দা। লেপ্না লৈতনা থাংজিল্লক্লি খোঙথাংসু অমত্ত ওইবা খোঙফমদা। লোত্তুনা লৈরুরবা নহারোল কয়া, সরকারগী কর্ম্মচারিশিং, মখূত্ত খূৎলাই পায়রিবা সিফাই কয়া, মরুওইনা বটালিয়ান পুন্নমক্কী মণিপুরি সিফাইশিং খূৎলাই থাদোক্লমদুনা য়াওররি মীয়ামগী খোঙজংসিদা। মখূত্ত খূৎলাই পায়রিবা সিফাইশিংনা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংদা খূৎলাইদুগী মতোন্দু ওনশিল্লকপা মতমদতা রিভোলুসন অমগী মাইপাকপা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। মসিমক ঙসিদি থোক্লরে মনিপুরদা খূৎলাই থাদোক্লমদুনা অহিংসাদা য়ূমফম ওইজবদনি নোংমৈগী মতোন ওনশিনবগা পাংকক্লি। তমপাক্তে থোকপা হিংসাগী ইরাং কয়া নেমথখরে। চীংমী মশেল হাৎনবসু লেপখরে। লেপখরে হিংসাগী পান্দম পুন্নমক। অদুবু চীং-তম হায়বগী অখুবা মিৎয়েংদুদি লৈরিবগুম তৌরি। হৌজিকফাওবা চীংমী অমত্তনসু মীয়ামগী অপুনবা

খোঙজংসিদা শরুক য়ারক্লি। তাখিদরে মখোয়খক্তংগী ওইবা খোল্লউসু। উখিদরে পাক্লবা তমপাক লমদমসিদা চীংমী অমত্তসু। কনানা খঙগনি মখোয়গী অপাম্বনা করিনো হয়বা। মখোয়গী করম্বা তোংঙানবা লাম্লোংদা নাথেদুনা লৈরিবা! অদুম ওইনমক লাউরি মনিপুরগী তমপাক্তদি খোম্থাং য়ৈনা—ইমা অমত্তগী মচানি।

নকশিল্লক্লি। চঙশিল্লক্লি চিংনবা লৈতনা মীয়াম মরকসিদা ইকাই খুম্নফমগী মশক ওইরিবা ভারতকী রাস্ট্রপতি, মনিপুরগী গভনর অমদি অঙম-অথৌ কয়া। তরাম্না ওক্লি মচু কয়াগী লৈরাংশিং চাইদুনা। পাইরি মনিংতম্না ভারতকী মচু অহুমগী ফিরালসু। ঙাইনরি অদুগুম্বা পুংফম অদো অনৌবা মপোক অমা ওইরগদবা মনিপুরগী।

— ঐগী নুংশিজরবা প্রজা ... ঙসিদগী মনিপুর অসিবু "খা মনিপুর" - "অবাং মনিপুর" হায়না অনি থোক্ল খাইদোক্লে, অদুগা ইম্মালবুনা অপুনবগী কোনুং ওইনা অদুম্মক লৈগনি ... !

রাস্ট্রপতিগী শাংলবা ভাসন অদুবু হৈ-শিংলবা মৈতৈ মচা অমনা ময়েক অমত্ত চিৎথদনা মনিপুরী লোন্দা হন্দোক্লুনা ইমা-ইবেলশিংগী নাকোং য়ৌহল্লি। মহাক্কী ভাসন্দুদা ময়েক শেংনা উৎলি করম্বা মওংগী মনিপুরনো হায়বদু। মনিং-তম্বা মনিপুর (*তোঙানবা লৈবাক অমা*) ওইহনখিবদা মদুদা ৱাহৌগদবা ফিভম, থেংনরক্কদবা সমস্য কয়াগী মরক্ত মাইয়োক্লরক্কদবা থংনবা মপান লৈবাকশিংগী অকনবা মিৎয়েং-পুন্নমক করিনো হায়বদো শুগাইনা পল্লি। পুশিল্লকই সোভরেন্টি হায়বা ৱাহৈ অদো হৌজিক্কী মতমগী ৱাহম্ভোক্ক লোয়ননা। তসেংনমক্লি বিজ্ঞানগী যুগসিদদি মিলিটরিগী মপাঙ্গলখক্তনা লৈবাক অমগী সোভরেন্টি ঙাকপা ঙমগনি হায়বসি। সোভরেন্টি ঙাকপা ঙমদবা লৈবাক্তুবু করম্না মনিং-মখা তম্লবনি হায়গদৌরিবনো হায়বসিমক হংবা য়াবা ৱাহংনি। অদুগা অমুকসু ইকোনমিক ফ্রিদম লৈতবা মফমদুদা করম্না মিলিটরিগী মপাঙ্গল লৈহনগনি হায়বসিসু তশেংনমক অরুবা ৱাফম্নি। অমরোমদা চীংনা কোয়শিনবা মনিপুরগুম্বা লমদদি তমপাক্কী মীওইশিংদনা হেন্না খুদোংথিনিংঙাইনি হায়বসিসু মহাক্কী ভাসন্দুদা ময়েক শেংনা উৎলি। ইন্টরনেল ইন্টিগ্রিটি লৈত্রবা লৈবাক অদুদি মশানা অদুম্মক অচৌবা

লৈবাকশিংগী মিথয়েং মথাদা লৈবা তাবনি হায়রবসিসু ময়েক শেংনা তাক্লি। ভারতবাসি অমনা ফংফম থোকপা খুদোংচাবা পুন্নমক চপ মান্নবা ফংহনগনি হায়বগী থাজবা পিদুনা নিল্লিবা মীয়ামদুগী মপূক্লিং টিংশিল্লি। অরোইবদা, গভনরগী রিপোর্টতা য়ুমফম ওইরগা মনিপুরগী সম্যসা কয়াবু মেনখৎনবা, চীংগীনি-তমগীনি হায়বা অথুবা মিথয়েংদুসু মাংখিনবা মনিপুরবু অনিথোক্ল থাইদোকপগা লোয়ননা ভারতকী লুচিংবা অদুগী শাংলবা ভাসদু লোইশিল্লি।

মনিপুরগী গভনরদো তপ্না-তপ্না মমিৎ পাংথোরকই। দেলিগী মেডিকেল হোসপিতালগী ভি. আই. পি. বার্দকী কা অমদনি মহাকপু জ্ঞান তারকপা ডাইনখিবদু। ওপরেসন তৌরুরবা মতুংদা মকা লাম্বা মাইথোংগা লোয়ননা জ্ঞান লাকপা উবদা মেডিকেল ডাইরেক্তরদুসু মপূক্লিংদা হরাউবা অমখক্তি ফাওজে। গার্দ অমগী ইকায় খুম্নবা উৎপা সেলুট অমগা লোয়ননা লৈবাকী ফম্নাইবা অমদি অঙম-অথৌ কয়া মথং-মথং চঙলকই।

মনিপুরদা পাংথোকপা ভারতনা নিং-খা তন্নকপা চহি য়াম্খে শুরকপগী অচৌবা কুম্মে অমদা মনিপুরগী ইকষ্ট্রীমিস্ট শুইসাইট বোম্বর অমনা লৈবাকী অঙম-অথৌ কয়াগী পুন্সি মাংহল্লনবা হোৎনরকপদা মরাইবক ফহৌদুনা হিংহৌরবা মনিপুরগী গভনরনি। মনিপুরগী চিফ মিনিষ্টর য়াওনা মীওই কয়া খুদক্ত থবাই মাংজখ্রবসু মহাক্তি ঈশ্বরনা কনখিবমক্লি হায়বা য়াই। তশেংনমক মহাককুম্বা গভনরদি অতাংবনি। তার্ম মরিরক মনিপুরগী গভনর ওইদুনা লাক্লবনি। মনিপুর প্রজাশিংগী অপাম্বা করিনো হায়বদু খঙবদা নত্তনা থবক ওইনসু পাংথোক্লিবনি। প্রজাশিংগী অপাম্বা কয়া থুংহন্নবা হোৎনজরিবনি। অদুবু ঙসিদি মহাকসু অখাবা নংলি জ্ঞান তানদ্রবা প্রজা খরগী ঈহৌদা। অদুমকপু হৌজিকসু লেপত্রি মনিপুরগীদমক খনবা। মঙলান্দা মনিপুরবু শরুক অনি থোক্ল খাইদোক্লম্বদুমক তশেংনা খাইদোকপনা ফরদরা হায়বদু খঙবা হৌরকই।

" ... প্রসিদেন্ট রুল দিক্লার ইন মনিপুর ... !"

অঙম-অথৌসিং থোকখ্রবা মতুং ঙইহাক লৈরগা সেন্ট্রেল গভমেন্টকী এজেন্ট অমনা মনিপুরগী গভনরদা চে অমা পিরে। হৌগৎচনবগী

পাঙ্গল লৈজদ্রবা গভনরদো হিপ্ন-হিপ্না চেদুবু তপ্না হাংদোক্তুনা য়েংঙি। পাই ইরিবা মরোলশিংদো। থম্মোয়নুংদদি খল্লকই মনিপুরদা প্রসিদেন্ট রুল থমজখিবনা ফরে। অদুবু মিৎলুদদি তপ্না-তপ্না পিগী ঈরা ঈহৌরকই।। ✍



